# নাটকি
# খোডেল



# নাতকি খোঞ্জেল

( বারীমচা )

অরেংবশিং
থিয়েন্দ্রজিৎ নাওরেম
স্যামকুমার লাইস্রম
নিংথৌজম হেমজিৎ



নহারোল অইবা তিন্নসঙ
লিলোং

**NATKI KHONJEL**

*a collection of Manipuri Short Stories*

Published by : Naharol Ayiba Tinnasang
Lilong — 795130

Rate Rs. 30/-




অহানবা কোঙবা : জুলাই, ১৯৯৬

লাইরিক মশীং : ১০০০

কাংকম থোকপা : নহারোল অইবা তিন্নসঙ, লিলোং

মখুম য়েকপা : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

মমল : লুপা ৩০/-

নম্ফম : দি ইবেলৈ প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরি বার্কস
ইম্ফাল বেষ্ট টু, লিলোং — ৭৯৫১৩০

# অরেংবশিংগী মায়কৈদগী

১৯৩০না কোনবা মতমদগী মখোঙ থাংবা হৌরক্লগা '৬০ অমস্নুং ৭০না কোনবা মতমদা মপুঙ মরৈ ফাওরবা মীতৈলোনগী ৱারীমচাগী খোঙচৎ ওসিস্নু অতুমক খোঙজেল য়াওনা চৎলি। *অসিগুম্বা য়াওনা চৎলিবা খোঙচৎ অসিদা নাতনা খোমজিনজতুনা পুথোকচরিবা ৱারীমচাশিং অসিনা অনৌবা ঈনোং অমা পীবা ওম্নগনি থন্নুনা ৱারীমচাশিং অসি পুথোকচবা নৎতে। খোঙচৎ অসিদা শরুক য়াজনিংলবা, নৌনা ইথৎচরক্লিবা অহৈবশিংগী খোঙদাফম অমত্তং লৌজবনি।

নাতকি মেম্বরশিংগী ওইনা খোমজিন্নতুনা হাপচরিবা ৱারীমচাশিং অসি মথং মনাওগী ৱাফমদি অরেংবশিংগী খুৎতা য়ৌরকপগী মথা পোনখ্রে। নীংবা থ.ংজখিদবা অমনাৱারীমচাশিং অসি মসিমদি হায়তুনা খন্দোক থনজিন তৌনবগী খুদোংচাবা লৈখিদে মরমদি ৱারীমচাগী মশীং য়াম্না লীকখি। অমুকা হেন্না শেন্নবা ওমহৌদবনা গেৎঅপ অমস্নুং বনানগী মতাংসিনি। প্রেসকী অসোনবদি নৎতে।

অশোয়বা কয়া য়াওরবস্নু নৌরিবশিংগী খোঞ্জেল অসি মীয়ামগী খুৎতা থম্মোয় শেংনা শিন্নজরি।

অরেংবশিং

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

নহারোল অইবা ভিরসঙ (নাভ), চহী অহুমগী মমাঙদা শেমখিবা ইবা পামজবা নহাশিংগী লুপ অমনি ।

লুপ অসিগী মরুওইবা পান্দমদি মীতৈলোনগী সাহিত্যবু হেন্না খুমাঙ চাউশীন্নবা হোৎনবা অমদি মায়কৈ অসোমগী নৌনা ইরক্লিবা অইবশিংবু য়োকখৎপনি ।

পান্দম অসিগী মথাদা ডা: শ্যামকুমার লাইব্রেরী ইবা 'পদ্মুং' কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমা অহানবা ওইনা পুথোকচখ্রে ।

হন্দক পুথোকচরিবা অইবশিংগী ৱারীমচা পুনশিনবা লাইরিক অসিনা নাতকি অনিশুবা লাইরিকনি ।

ৱারীমচা হাপ্লিরিবা নাতকি অইবশিং ৱারী মচাশিং অসিবু ইডিং তৌবিরিবা ইডিটরশিং অমদি ইবেলৈ প্রেসকি মীওইশিংবু নাতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি ।

লাইরিক অসি থম্মোয়শেংনা মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজবগা লোয়ননা মতুংদা তাকপিরকপা পাউতাকশিং হরাউনা লৌজগনি ।

সেক্রেটরী

নহারোল অইবা ভিরসঙ, লিলোং

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

---

# শিয়ু য়াদ্রবা মী

খাইরোকপম গোনেন্দ্র

অমুক্তং লাক্লবা পাউ চেল্লকপসি মশিঙ খঙদ্রে। তোমালগী মশাহু হৌগৎ কাঙখৎপা ঙমদনা পৎলে পুমলে হায়নবা কুইরবনি। থায়নগী মরূপনি। গোপিস্ত শিগ্রে, গুলাপতা ঙাইরে কল্লিবা অহুমমক কোন্নুং কারিঙৈগী অচেৎপা মরূপশিংনি, শ্রীযুৎ ইনিংথৌ বুদ্ধচন্দ্রগী পনজাও ঙাকমিন্নরম্বা।

গুলাপ চৎকে নিংবহু চৎপা হেক্তা ঙমদে, মচা মশু য়ারে অহুগীস্তু মথক্তা গুলাপকী ন্নারী কোকচাউবী হায়নরিবনি। মী অনি তিনবগা চঙশিন্দুনা মীগী-বা তাবোই তাদবোই ন্নারী অমা হেক্তা হৌরুই। নোকফেৎ-নোকফেৎ মখদাং য়ৌনা বাংবা লীচৈ মরুহু মথক ওনখৎলগা মখুৎ অনি লোম্নচনা চুবাদা শৌই। কদায়দৈনো খঙদে অনৌবা পাউ অমা তম্বা নত্রগা লীবদি শোয়দ্রে। অতাবা খুদিংমক ময়া কাহল্লি। অয়াম্বা মতম মাঙখিবসি মসিদনি। ঙসিদি তাঙ্গা চারে মচান্নুপী অহলনা লুপা চান্নখকস্তু পীরমই। শেৎলিবা ফিজেৎতু কোন্নুং কাবগী নত্তে। শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বগী মতৌ হাইফেৎ চঙই।

তোমালগী নাক য়ৌরক্লে। গুলাপ লাকই তাবদা তোমালগী শিদহিদাক পুরকপসিমঙায় ইমুংহু পুমলাঙ লাঙই। মহৌশাদগী বা বা লাঙবা ন্নারী লীগনবনিনা তোমালগী ইমুংনা গুলাপপু য়াম্না পামই। মচাশিংনা মপামকুম মুংশিজৈ। পিক্লিঙৈদগী নরুনা লোয়নরকপগী মথি ফোংনরকই। তোমালগী মচা অহল ইবোহলনা অনিশুবা দলান্দগী কুমথরক্তুনা "হায় হায় কনা কনালৈ, পাজি গুলাপ লাকএ, ঐ ওফিসকা চৎলরোই। য়েঙ্গাং লোঙঙহায় তাবরা?" মচা মশু ময়াম পুময়োম য়োমই।

ছিন্দি ফিলমগী শোরোক্তা ইশৈ জগোয় তৌবা ময়াম অমা লাকপদা নাকন্দা লৈবা মলানশিংগী থোঙ থোঙনাও রেলিংদগী মী মত্তেক মকোক ময়াম ইনথোরক্না য়েংনবতুমঙায় । নোংগাগ্রবা তোমালগী মুপী থাজমানবীতনি উত্রিবা । অমনা মোরা পুশিল্লকই, অমনা চা পুশিল্লকই । কনানা ফি হোংদোক্লবা হায়জিল্লকই ।

মমৌ চাকথোংবীনা হায়রকই, "পাজী চাক চাথ্রদৌনি, ঙাঙনা ঙাঙনা অমুক চাদনা চৎখিনিকো" । কন্নিমতা থনবিদনা "চাক্লগে হায়তুনা মত্তমস্লুক চানা লাকলবদবো ভাল্লবস্ল চৎলরোই । ইবোহল, শরেং মচা অমত্তংদি লৌহল্লদনা" । লীরু থদাং য়োবতু হেক থম্বগা মত্ত য়াইমতুনা ক্যাপ লাক্লগা চেনখি । পুমলাঙনি । মপা নারি, মত্তাও উন্নগনি হায়্যবফাও কাউনৈ । কনাগী ড্রাইভরনচিংবা কোয়চেন চেন্দুনা শরেং, চমফৎ, ইরোনবা, ঙাক্রা অতাওবনচিংবা থৌবাং হৌখ্রে । ইবোহলদি চেঙ, চিনি চানবা পীবা ওফিসকী মথং থনবা শেনজাও থোকপা ওফিসারনি । ওফিসতা অথবা পাউ তারাদা হায়খ্রে, থেঙলক্লনি হায়না ।

"ইবোহল, ননাও য়াইমা থরানমিচাক য়াম্না ৎেৎপা থানা বাবুগা অতোনবা ইঞ্জিনীয়ার সাহেবকদি য়ুম কোন্নুংসিদা লৈবা ফংলম্নরোইনে হা । "

"মথোয় অহিংগা তুম্বা নত্রে পাজি ।"

"মীরৈবাক্লা লৈবাক ঙাকপসে মথোয়দা থবক্তী থর হেন্না চীল্লি হায়ববু লক্ষীদি ফংফমথোকপদগী থোক্লবনা হেনজিল্লকপনিনা অরাবা থঙবপোৎ নত্তেদা । ইহে নপাগী মনাক্তবু চঙ্ডদ্রে । অতো, নপাদি শিংবনিনা নথোয় ময়ামসি মতিকচানা শেমহৌইদো । কেন্নুংদগী হৌমিন্নরকপনি, অতুবু মদি মশাগী কোন্নুংদগী হেনবা য়ুমসিদা শিবা ফংলনি । "

"পাজি, ঐথোয়বুস্লু নচামক্লি থনখিত্রবরনে ? নচা ঐথোয় লৈ-রিবসিদি । পাজি' কনি বাৎপগে ?"

"অহুনবু ঐস্সু ৱাবিদেদনা। তৌবদবু মাগী মচাদতা পাওত্তাক পীবা হৈরকই হায়বগী ৱানি।" নোকমিন্নে।

মাগী মাগী মুপানা সাহেব ওইরবা, শেলজাও পায়রবদি য়ুমগী মৌশিংস্সু ফম কায় 'মেম সাহেবা,' 'মমা ইবেম্মা'। অরুমবা হেন্নি নাদা, ওক্তা, খুদাংদা, খুৎশাদা অমসুং অরাক থাহুনচিংবশিংননি। মশুশিংনা থাংদোরকপা তোমালবু থাহুনা ঙাল্লবা খুৎশাশিংহু থিন্দোক্লুনা মমৌ অনিনা লমজিংলকই। ফৌগৈ অৱাওবদগী মচীন পুন্দবনা চেপথোক-চেপশন য়াদ্রবা ফৌ বোড়া থাংথরকপাহুমডায়। ৱানা শৌই, ফমবোই চেপপোই তৌই ফমেল ফমহুদা।

"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ।"

মহৌশাগুম গুলাপনা শম্না হায়রকই "ইতাওদি নচা-নমৌ অফবা, ৱাত্ত-পাদবনিনা খোঙ লৈবাক তাদ্রেনে, জয় জয়"। ভক্তি তৌমিন্নে। মহৌশাগী হৈনবীনি। গুলাপকী খর থাগৎপা মানবা ৱাহুদা মমৌশিংগী মুংঙায়ড়খিবহু তোমালনা নাকচিনা উদবগুম য়েংথি। মোরা থাংজিল্লহুনা নমা ফমংগা গুলাপানা তোমালগী মখুৎ মশা নোল্লবী অনৌবা-অরিবা ৱারী কয়া তপ্না মথং মথং শানৈ। মতম পুমনোই লোইরবগুম তোমালনা ৱা তাঙুনা ঙাঙনা মপি শিন্থ। গুলাপস্সু মপান থোরকদোবা মপিহু খাঙজিন্নি, খল্লকই "মথং মথং লোয়রল্লদো। ঙসি খর কল্লীদি হায়ববু পুন্সিদি ঈশিংগুম তপ্না তপ্না মনিল ওইনা মাঙখিদে।" তম্বা ওমদে খল্লুবদা পুন্সিবু মুংশিবা হেনগংলকই। খুইরবা খুবোমহু নোল্লজরগা মশাবু পাম্মুরকপা খাঙই। মথং মথং চোংথোরক্লিবা ৱাংহৌরবা শিন্থাশিংহুগা লান্থেংনরি। অমানবা মাঙখে, ইনিংথৌস্সু নোংগাখে, কোন্থুংস্সু মনখে।

ৱারী মথা লেপ্লে, মচা-মমৌশিংহু মাগী মাগী মখোৌ তৌনবগী মথং মথং থোক্লখি। ইবোহলহু ইরু মায়থক্নবা থোকখে। মরুপ অনিতা মঙায়হৌরে। তোমালগী মুংশিরবা নতাওদি চহি অনুমথাহু

কুল্লবা অমদি কল্লরোইদবা অহল মাবু মতমসিগা মশু,মমৌ-সাহেবী কনানা সেবা তৌনিংগনি হায়বসিদনি।

তোমালগী শোন্তাংনবা রাহৈ খরদি "ইচাশিংগীস্তু অচৌবা অচিনবা মথৌ লৈনরি। নোংমস্তু ঐগীদমক মুংশিনা মুংঙায়তনা শোনবা তায়। নোংমনা চঙনিংদ্রে ওনিংলকই হায়না মতাগুমস্তু তৌই। মবুক্তা থল্লখস্তু য়াই হন্নবসি মী ওৎখেদা হায়না।" কুইনা তুমিন লৈনখি।

নিপা থোক্লা, খোঙ্জেলদি পিক্লা তোমালগী নাকোং নক্লা শুলাপ্লা চেকশিন্না হায়খি "ইতাও অশেংবনি, নচা নমৌনা শাপাতুম তৌরবনি। কান্নএবা, রগস্তু কংলবা, মুংঙায়বা অহাওবস্তু ফাওদ্রেবা, ফজবা মুংশিবস্তু ফংলরোই, হিংলুবগী কান্নদ্রে। অহুনা ইতাও নহাক। শিবো, ঐ হু পুরক্কে, অতুন্না পুন্সিবা পামলুরন্নু। ঐস্তু লাক্লদবনি" মপি তারকই।

তোমাল খিৎতং কংনা নোকদোবগুম তৌরমই, নোকতি নোকখিদে। মপিরা, অহল ওইবগী মাহ মচুমলা খঙদে, করিনো খর মিৎতগী চেন্তরকপগু তৈথোক্লাউই শুলাপনা "ইতাও গোপাস্তু ঐখোয়গী মাঙদা চৎখে। অঙাওবা শগোল অমা ফাবদা শগোলনা কাওখিবদগী থুকউ কাং কায়খি। নেৎখিবদগী মখাংস্তু তেবখি। কোক্লা তারবস্তু মতমদুদা নঙদি শামুকোন্দা লৈরি। ইশাওতুনা মতুদগী শোওখিতুনা মচেং মচেং পোমবা পংপনাচিংবা তৌতুনা লাইওইখি। মচা মমৌগা অরাবা য়েংঙমদতুনা অমদি ইকাইরক্তুনা ঐঙোন্দা চেকশিন্না হায়খি 'ককপ ঐঙোন্দা লোম্না হু খর পীয়ু, শোয়বা য়াদবনি'। হাঙ্গুন হাঙ্গুন হায়খি। মতুগীদমক খনবদা মতম কয়া ঐ চঙবা ঙমখিদে, মরিনস্তু লৈখে। মখম্মোয়স্তু চাওই, খঙলিবতুনঙাই। নিংশিংলুরগা মুংঙায়তে, মরমদি ঐ হুতু পীবা শুকঙম ঙমখিদে। ঐবু উবদা শাওবনা মমায়তু লৈথোকখি। তঙনা মপি শিন্তে।"

অমুক তকশিললী "পুরকউ হায়বদা, অতে অপাম্বমদৈস্তু

হায়রে৷"। তোমালনা ঙায়হাক তুমিন নৈ কুরগা হায়রকই, "ঐস্মু খল্লখ্রান, অদুবু মতোমতা অম্মা হাৎপসি পাপ নৈ হায়নেনে"।

খঙলে মহাক শিনিংদ্রি, শিয়ু য়াদ্রি। থক্লায়না খ্বাইদগী নুংশিবসি মসিনি, লোইরমদাইদা খঙলকই। মশাগী ওইনা খনবা হৌরকই গুলাপসু। শোন্থরকই। লোইবা হায়বসি শিবনি। অদুদৈ মতম মফম চাদনা রাজোই মমদগী গুলাপপু ইনিংথৌনা তান্থোকখি। বৃন্দাবন অমদি মথুরাদা চহি ৫ যুগ থেরুই। মমৈথংদা হল্লকপদসু ইনিংথৌনা লৌখৎতে। নোংমা অচৌবা মুম্না কুইম্মে অমগী মমৈ ওইরকপদা মথাং ইম্ফালদগী চাঙ-শাংগ্রবা নাপা অমনা লাম্বা পীয়ু হায়না হন্না হন্না হায়রকপদা ইনিংথৌনা লাংতক্লনা খোয়রাঙলিদৈঙ গুলাপনা থোঙগল-লোল মতিক চানা হায়খি, "য়াথং ফংজরবদি ননাই গুলাপনা লাম্বা তৌজগে"। য়াথং ফংলবদুদগীদি থিক-নেম্বা, মচী পানবা মানবা অদুদৈ' কোম্মুংগী মুক্লারোইদুনা হাং-তাওরবা পাংকী শাজা-এদু থাদগী ফুক্কৎলগা ফৌবি হাইবগুম শেংথখিবদুদা ইনিংথৌনা 'অদুমঙায়' হায়না লৌখৎপিখি।

বৃন্দাবনদা কুইনা লৈরুবগী হৈনবা লৈবনা অরোইবা পুন্সিদু লাইফমদা লেল্লুরনি, ঈশ্বরনা কংলুরনি হায়না লেপলুরে। ঝা-ঝা লাওখোল্লুবতা নত্তে, ঝারা খুদিংগী নাপল য়াওনা থেংলিবনি। নুংঙায়বতা তম্লুই, শক্তিশিংদুতা লীরুই, নোংমতদু অরাবা ছকাইবা নংখিবশিংদুদি তমলুদে। ঙসিদি মথং মথং চিংথদনা নিংশিংলকদে। হায়ফম হংফম কনাসু লৈখিদবগী থোদোক অমদি মৈচাকশিংদু চিংথবা লৈতনা মুর্ত ওইনা চোংথোরকলে। শিরমদাইদা মীরমহুদা কমদোবা? ঝারোই-দ্রা? থুম্বা ঙমদ্রবা ঝাহংশিংসিদা জর জর শোন্থরকই। থজিক্তং তিংলিবা চিরাইগী উনশাহুদা হুমাং কারকই। কনথংনবা হোংনৈ, "ঈশ্বরদা কৎপ্রবা পুন্সিদু তিংথোলক্কা তিনগ্রবসু, ঈশিং নুংশিংতা চঙগ্রবসু করিসু খল্লুফম থোকতেনা"। অদুবু কনথংলু য়াদে, মৈ মুংখিবগা থৈবলাছজর কাটানা গর হায়থখিবগুমই। "চৎলরোই লেপলে, গুকচং চংলরোই"। গুলাপনা

অরি-অ:নী ৱাথলতদা উংগিদৈ তোমাললনা মমিৎতু নোইরতুনা হায়রকই, “হকচাংসিনা কল্লম্নবদি ইতাওগা লাইফমদা চৎমিন্নতুনা অরোইবা পুন্সিসে ইবুংঙোদা চঙজরম্বা ফংলমগদবনি। অতুম্না থৱায়সে কচ্চরম্বা ওইরবদি কয়াদা পেনজগবা।” হন্দক শিন্তরক্লিবসিদি অশেংবা প্রেমগী পি ওইরনি। শমথরকই, “লাইফমগীদমক লেপ্পীরব্রা? কৈদৌদৈ খোংশান-বিবা তারে?” ৱাহংতুনা গুলাপপু মমহনখি। ৱারীতুদা ইবোহললস্তু তান চানা য়াওররে। তোমাললনা অমুক্কা মথা তারকই, “ইতাও, ঐ ভমদ্রবস্তু অঙবা লাইদা কৎকনি। ত কলমদবা য়াদবনিকো।” মপি হৈথোকই।

ইবোহললনা থৱায় য়াওনা হায়রকই, “পাজীবু লাইকমগী যাত্রা কুমিং লেপ্পিরব্রা? অরোইবা লাইফমগী যাত্রা তৌবগী উৎসব অদু ঐনা কচ্চগনি। মী কয়াগী থৌরাং তৌসিগে?”

মম্বগী মপং মরক্কুদা খল্লকই, “তোমালদা পীরককে হায়রুবা হতুগা ঐঙোন্দা হৌজিক কংকে হায়রক্লিবশিংতুগা করি খেৎনরি। চৎলরোই হেক হায়দবুদি য়াই অদুবু ’নুংগী শো স্তরকপতুনি ইকায়জ-রিবা। ’নুংদা হংজখি অতুদৈ ইতাও গোপীদা হু পীরম্নবদি শোইদন-মক্কী শিয়ু য়ারমগদ্রা।”

৩০।৮।৯৪ ইং

---

# গ্রহগী দশা

বাইরোকপম গোনেন্দ্র

" ইমা, ঙা মচা অমতংদি তাথোকশিনা, নে' নোককেং তৌরহুনা লুপা চাত্রেংখক মমাগী মতম্খাক্তা থাদরম্নগা মথা তারকই। " অহানবা ফংবনিনা খরচ খরদি তৌরম্লে, চংনবিগুন্ননি ইমা।"

মমানা খরচকী রাহু থঙহনা তাশিল্লরে। মতম কুইনা রানা থাঙজরক্লবা য়ূমতুগী শাইজিন্দা থামক্লা থোরক্লবগুম মুংঙায়বা ফাওজে। লৈখিদ্রবা মপাবু খংনিং নিংশিংহুনা পি শিম্ফখিবা থঙহৌদে। মপানা থনম্বা ইংখোলদু তংথায় অমা য়োম্ফোক্লগা থবক্তু লৈহৌবনি। শেল পীরবস্থু খাইদগী ফংগন্দবা পোংসি সরকার কর্ম্মচারিনি। অশিবা থমফমগী চৌকিদারনি। য়াম্না থেঙনা পোকই হায়তুনা তোম্পোক কৌখি। মথা তারক্তবনা তোম্পোক্তা তোম্পোক ওইখ্রে। অতুবু তোনান্দে, থবক্তা চিংহাও থিদে, ইংং, তপপী, হোংনবা কল্লী। মমা মচাদা ওইবনা মুপী খর ঙম্না থিরক্হনা চহি অহুমগী অঙাঙ অমগা মুমিং-থাগী মঙাল কংদ্রবা থা তরুকী অমগা ফোংদনা পুরি। মাগী নুপীস্থু অহুমঙায়, চমই।

মুমিদাংগী চাকথুম্নি। তোম্পোকী মুপী চান্দনিনা ঙা অথোংবহু অমুক হন্না খর খর হাপই। তোম্পোক মমাগা মচাগা কোয়না ফমহুনা চামিম্নরি।

"ঐথোয় চান্দনীগীস্থু খর লৈরগা সনা শাবিসিকো ইমা", মাল-হন্দনা লক্করকই।

"শাবিগদবনি, পুম্নমক ইচা-ইম্নৌগী ঙাক্তনি", তশেংনা মাথোকই মমানা।

"ঙো থোংবতু খরগা হাপ্পকউনে সনা শাখিহুইনিনে'. অম্মাহু মপাল থোরকই। মিৎয়েং অমনা ইকায়বা লোৎলগা চান্দনীনা খুম্মা "খঙজরে খঙজরে, অতে লাইরি ইমা, য়ুম মচা অমতা হান্না তরু তরু শাখি স।"

"চুমই ইমৌগী রাসি, য়াম্না ফৈ। হবুংঙো, ঐখোয়দি কন.স্তু লৈজদে, অহুনা থবক্ তৌববনি হায়খুনা ওফিসতা নংনা মশিং গা যুগাক থক্লবদি ইমাদি মাঙজরেদো।" চাক চানা চানা মপি হাংকই। রা মথা তাদে।

"কৈনো ইমা অঙাঙদোনা। য়ুবু কনানা থকই হায়রগে, য়ু থকগা মী থেংনবদা শাওমিংলনা হম্চাংসে থক থক্তুনা নিকই। ...দথক থকলোই। চাক্তুদা পি তারনিনে।"

"ইমানা হায়দৌবদি ফত্তবা থবক তৌগনু, নিশা চাগনু, অরেম্বদা করিস্নু মাঙহনবা তমগনু। মীনমগনু। চান্দনীনা হায়গুম্লদনা অহানবদা য়ুম মচা অমা হান্না শানবা য়ুমশা মরুপ অমতং য়াওনবা তৌ।"

"থুদিংমক ইমানা শীনবিগদবনি, ইমানা হায়রগা লোইরে"। নুংশিনা ইংনা হিংমিন্নহুনা অফংবা থরহুদগী পেন্নবা হোংনজে। পিকপগী পিক্লা নেনা তানা য়ুম পানজরে। শাওনবা লৈতনা, মিহৌনদনা, নোক-মি নোকমি তৌহুনতা লৈনৈ। পৈশানা লৈবা য়াবা নত্তে।

চহি মরি হৌখ্রে। "নুংঙাইরগে শন্দুনা শাজবা য়ুমনি......"হায়না ঈশৈ মতেক্তু, হজিন হজিন চুংহুনা শু নোমদা লেপাত। চেকপু চেকশি-ল্লবদি য়ুম মচা অমা শাজবতু লোইশিল্লকলে। মমৈদা পোকপা মচা নুপাতু নুংশিবা মতম য়ৌরে। অহলহুনা ক্লাস রান কারে।

"লাইরবা ঐখোয়গীদি ইচাশিংনা ইরলনি, ইচানবু ফরবদি স্বর্গ কাবা কুইরোই, চহি কুনমরি কুনমঙা মঙায়। 'সাহেবকা মমা, বাবুগী মপা'। কনানা খঙনি, অক্কাওবা মীদি লাইরবা ইমুংদগী অয়াম্বা হৌরকই হায়নরিবতুনি। নিংহন্নবা য়াদে, লাই গুরুমউ, ইচা শেমসি।"

ওফিসগী মথক-মখা পুম্নমক্না লুনা তৌই। কাটরদা লৈবী

নম'শিংনা মাবু লকনবসিদি মুপী মশেলসি হেক মঙায় অমতা হেক থাক্তে। চাকমক্তা চানরে

"তোম্পোক নঙনা হয়েং চাক থোংবীগদৌবনি, ব্রাহল্লোই কিরুম্ন, ঐথোয়স্ন য়াওতুইনি, লৈথোক্লদিনে থূদেকএ খঙউ"।

মহৌশাদি কোমগ্রবা থবক্লী, অতুবু হন্দ্ৰকক্তি খ্বাইদগী চিল্লি অশিশঙসি। নহারোলগী, থানা সিফাইগী, দ্রগকী, কারবারগী, মুপীশিংগী, লুটকী, কাঙলুপ মশেল হাৎনবগী .....। করিগুম্বদদি অশিবা হকচাংগী থমফম চন্দ্রবস্ন য়াওরকই। তৈথোক-শিংতোকপশিংনা তৈথোক-চামথোকপা নংলক্তে। অতৈবা ঈ কংশিল্লকপনা হাল্লকই। অথেঙবদা অশিবা কয়া পুশিল্লকপগী থোঙ লোল্লিঙৈ, অঙনবগুন্না অশিবা ময়াম থূংলৈ। অপৎ-অপুম কয়াগী মনম হাৎলিঙৈ থম্মোয় নিকপমথৈ নমথীবশিং অমুক থোমজিল্লকই। চীং-তম-পাৎ-তুরেলদগীনি; মৈতৈনি, মীতৈনি, পাঙলনি, হাওনি, নেপালিনি, ময়াংনি, থানানি, সিফাইনি। "শিনরকখিগদবগী অচৌবা মরম কয়া লৈগ্রে, ইচাও কয়া নংলকখিনি", কনানা হায়। কনামনা হায়রি, "মীবু শা-ঙা ককপদগী হেন্না নুংঙায়না ককপা, ঙমু লৌবগুম হিংনা মৈ থাবা, হিংনা ফূমহুনা লৈনুংদা শিরমদাইগী অরাবহ্ ভাবনা য়েংহনা পেন্নবা হৌনরক্লে"। অমনা শমথরকই, "য়াম্না মিম্নুংশি য়াওদবা মীহাৎসি খুৎলোযনরবস্ন হৌরকপদা ঙায়রি, য়াম্না ব্রাৎলি, মরু কায়দ্রি"। থরনা হায়, 'শিনবগী, হাৎনবগী অশিবা থেংনবগীবুদি অনৌবা ওইরক্তে, থওইনদ্রে। য়েনশাংনচিংবা অয়াম্বদি মমলগী চাং লেপত্রি। মহৌশাগুম য়েন অশিবফাও তুরেলদা তাউথরকখিদ্রে। তাউথরকপা অশিবা মীদি তোইমল্লহুনা য়েংনদ্রে। অহিংবফাও থওইদ্রবদা কৈদৌকনি হায়বগী মতমনি, চাওখৎলে মতমসি মচাওখৎ অমনি।" অশিশঙগী মনাক্তা অসিগুম্বা তেনতকপা রা ঙাক্তনি। ফোংদোক্রমদ্রবদি শিঙনখিবা লমনতনি, নোংমা চাউরগদবা ঈপাক্তূদা তিল্লূগদৌবা, তিল্লূনবা।

মুমিংতু থরা চীকই। অহিংদু নোংয়াই চবুক মতমনি। তোঙান

তোঙানবা পুলিস কাওবুশিংনা অশিবা ওপ্নতগী অহুমতমক থিনজিল্লকলম্মী । অতেম্সু লাক্কদবা মান্দ্রে । পোৎথাবতা ঙাম্নরি । ফনা কম্না হেক তুম্নুরমাল্লে । অহুবু খোঙেল অমদা তপ্না তপ্না মীং শিংলকখি । "প্রেক-প্রেক, স্রো-স্রো..." ঙক হাইগৎতুনা তায় । করিগুম্বা অমা থিবগুম, নোইবগুম, তৌই । তাঙ্গাসিদা মৈস্থু লাকলমদে । "থোঙ লোম্নদতুনা ছুইকগা চঙলবরা ? শানা অশিবশিং শোক্রবরা ? শউমসি উচিদি মাল্লক্রে !" চিংনতুনা লেনত'ন চুখৎনবা থিরিঙৈদা খঙহৌদনা অফনবা মনপ মতিন কামথোকপগুম্বা মখোল অমনা অকিবা অমা ওইহনখি । খঙহৌদনা ময়ামগী মৈতু খংঙান ঙাল্লকখি । অশিবা অমনা অশিবা অমা চাগদৌবগুম মথুকউ সৌহুনা লৈরম্বতু মৈঙালহুদা উরুরে । খাঙবা ঙমলক্তে, লরায় শেগাক কায়বগুম্মী । তোম্পোক্তা মুত্তহুনা তপ্না য়েংনবা হোৎনরকই, মনপ মতিন তাই, মকোক মরু ইফা কাই । মথুং নাম্না থাংগৎলক্তুনা মমায়তু থরেক থরেক তৌনা ওনাশিল্লকপহুদা তোম্পোক্কী খোনা লোইরক্লে । লেমহৌরিবা থোনাহু পুহুনা চেম্থোরক্লে । নক্লবা য়ারেকক অমগী থোঙজিন্দা থীন্দুনা হৌদোক্লম্লগা জ্ঞান মাঙখ্রে । অশিবদগী কিবসি মী অশিবনা মহেল্লে ।

ডাক্তরশঙদা অহিং মথৌ লৈবশিং অমদি য়ারেকপশিং মথং মথং হৌগৎনরক্তুনা পুমনিন নিনখ্রে, পম্নাঙ লাঙখ্রে । নোং ঙানগদবস্লু রাংলি । অশিথমফমদা ময়াম্না য়েংলবকানদা শিরুবা অহিংবতু খেংনরুরে । থানানা অহিংবতুবু অশিশঙদা থম্নবগী হুরাং খোক্তনবা খুদক্তুদা ময়ুমদা থিনবিখ্রে । য়ু ঙাওবা থানাশিংতুনা তারম্বা মীবু খেংনববদি শিরবনি নমথিরমগনি হায়তুনা মচিন মেম্নরে, মায় লৈখোক্লরে । য়ু থকপনা য়ুনম খঙবা ঙমদতুনা থাংজিল্লম্বনি ।

তোম্পোক মাহুবা অফাওবা ফনা য়েংলবস্লু, রানা হোৎনতুনা মপাল্লম মৌরবস্লু জ্ঞান অমুক হল্লকখিদরে । লম্বীদা ঙাওচৎননা লৈরে, তাইবংদগী লাপখ্রে । চান্দনি লমলাইনা পম্বগুম রা অমত্তা ঙাংখিদরে । সুমিৎ থাগুম য়েংজরম্বী মমাস্লু চোয়রোল লোন্দুনা মচাবু থিবা হৌরক্লে । "হুচা ররাম্ব, মথৌ চুমজবা হুচা পীরো, অচুম্বনা মাংজরে, নখোয় পেল্লো ।

২৩ । ৭ । ৯৪ ইং

---

# নাঙ্গোকখুবা ঙা

স্যামকুমার লাইশ্রম

'সার, ঐগী থবক্তুবু .........।'

'মহ্ লায়রি, এদহোক মাস্তর রোল হাপ্পা যাদে হায়বগী ওরদর লৈরি, অনৌবা থবক হাপ্পা থিংখ্রে, মমাঙগী পিপলসনা পাল্লিৱৈদা খুং অনি থাহ্না পুন্সিল্লগা থরচ তৌথোক্লম্মে ।'

' সার ......... ।'

'থঙ্ঙনে, হেক যাবগা হাপ্পীগে; নঙগী পৈসাহ্ ঐনা পীয়ু হায়খিবদি নত্তেদনা, ঐস্সু হাপখিদনা, ময়াম লৌথোকপদা যাওখিবৈ ৱানি ।'

ফোন লাকই, মন্ত্রি যাইমচৌবনা ৱারী সানৈ। 'এ তামোয়া — ... সেক্তরদা ... ... কনা কনা ... ... ফাইনান্সস্সু, এগ্রিস্সু ... ... দিপুত্তিদি ... ... ... হে হে, মাদি কদায়দৈ, তামো চিংথগে হোৎনরিবহ্রু ... ... ঐস্সু, ফনি যাওজগে, ঙসিগী ফ্লাইততা ... ... হায় লমহেন, স্যুতকেস মচাহ্ থোরাং তৌ, নঙগী মেমসাহেবত্তি কদায়দা কোয়খৎ, থেঙনা হল্লক্লগা ঐগা উমজহৌদ্রেদনা ... ...। সরকার সেম্খীমবা মতম-হৃদাদি মন্ত্রি ওইজৌ হায়বস্সু যাদবহ্ হৌজিক পাম্লক্লমাল্লে, নিদ নিয়ু লৌজৌ হায়বা, পীথোকে। পিপলসকী কাঙবুসিদি মবুক সেংদে, ঐথোয় কংগ্রেসকী অমা অনিসিস্সু মত্তিক মপা চাদনা চিফ মিনিস্তর ওইনিং-বসিনা, চহি অনি ফাদ্রবনি মতম লোইগদবা, পার্তি মসেল থুগাই-নদৌরি । ... ... ... ... তাদ য়োরোনে ।'

মথঙগী সুমিংকী পাউজেল চেসিংদা যাওরকই, 'লুচিংবা মুম্নরকপদৈ

সি এম প্রাইম মিনিস্তর উন্নবা চৎখ্রে। মাগা লোয়ননা মন্ত্রি য়াইমচৌবা অমদি পোথোলাওস্সু য়াওখি, অতোপ্পা কাঙলুপকী দিপুতি সি এমস্সু এম এল এ অহুমগা চৎখ্রি।'

--ইমা কৈথেলদা পোৎফম ফম্বী হন্সুবী অনি ৱারী সান্নৈ।

'ইচে সরকার কায়রনি, মোয়গী প্রসিদেন্ত রুল হায়দুনা লাক্লনি। সিফাইদা লোইনা সিন্নথোক্লনি হায়নে।'

'ইবেম্মা অমহাগী অমহানি লৈরে মঙাই লৈত্রে মঙাই, হামু হামু সিফাই ঙাক্না ঙায়রসিবো। ঙরাংনে নহারোল নোংমৈ পায়বা অঙাঙ অনি ফাইয়ে। য়ুম্ব অহলহুস্সু তপ তানা চৈৰীরয়্রে, ইমুংহুগী পাথঙ মচা অমস্সু থীনা ফবীরগা পুৰখ্রে, নহারোল অনিহুদি থীনা ফবিখ্রবনি, লম্বী অচৌবা য়োৗরগা চেল্লে হায়বরা কৈনো অহুম লোইরমাল্লেদা।'

'খঙদ্রেদা ঐথোয়দা হাত্তোক্লবদা লোইদৌরে, নহারোল মসেলস্সুনে পংকাপ্পা কাপ্পে।'

'ইচে, ধম্মসালা অসোমদি সিফাই ময়ামহুগা চৎপা হঙ্গাইরে।'

দিল্লিদা চৎলুব কাঙবু হল্লক্লে। প্রেসকী কাঙবুগা উন্নৈ। 'সি এম সিন্বগী রাফম লৈতে, সরকার কায়বগী রা লৈতে,' সি এমনা লাওথোকই। সি এম সিন্দোক্লনি, অনৌবা কাঙলুপ সেমগনি চৎলুবা কাঙবু মমৈ মক্যাং লোন্দুনা হল্লকই, সি হেক য়োৗবগা য়োৗ য়োৗ হেক্না তৌরকই। মীয়াম্না রারী সান্নৈ।

'মথোয় য়াঙ্খেসিনা সরকারগী পৈসা লোইনা চাথোকখিদৌ সরুক, সেনজা থুমজা য়ামনখ্রে পি আরনবু ফরে। চাজরবস্সু মথোয় অমা অনিদনা চাজরেদনা।'

'চীঙদা হাৎনরিবা মুগী অঙাং, ককনরিবা কোক, কাপ্পরিবা নোংমৈ, থানরিবা য়ুম মৈ... করিমত্বা থওইদবনি, চৌকি কোনগনিতনি থঙলিবা।'

'মীয়াম মরক্তা বোম পোকখায়বা নোংমতা কাংদে, নহারোলগা সিফাইগা কাপ্পবা, নহারোল মশেল কাপ্পবা নোংমতা লেপ্তে।'

মন্ত্রি ময়াম লৈবাক্কী অরা অনা চঙদে, সরকারতনি খল্লিবা। সেল চাহৌবতনি খল্লিবা। সরকার পায়হৌদবা কাঙবু সরকারধু চৈবতনি খঙলিবা। ওইজবা মতেক অমতং পীবদা উচি মথুল চুপ চাপ লৈখিবা ফনা য়াম্মী।

কুইদে ইংথরুবা। অমুক হৌরক্লে, পি আরগী ইরাং। দিল্লি তাম্না কোয়পাই পাইনৈ, পাইথোক পাইসিন ফনা তোয়। নিংকোক ভৌতুনা হল্লক্লবশু লাউবদি লেপ্লে, 'সরকার সুককায় কায়রোই'। মন্ত্রি কাঙবু, সরকারদা য়াওবা এম এল এসিং সেল চাবদা লায়চুরি। ওপোজিসন কাঙবু, মচুম ফংহৌদবসিং থুং-সা প্রোক প্রোক থেক্কনা থাঙজী।

থা অনিমুকত্তি ইরাং তপথরে। পি আর লাকনি উদে। চহিস্থু লোইসিল্লক্লে, অনৌবা চহিবু ওক্লবা থার্তি'ফাস্ত', দিসেম্বর মীয়ামগী পু'রুংদা তম্বাং তসোইনৈ, সানৈ-য়ুনৈবগী ইথক হৌরি। লুমিং তাসিল্লক্লে। মন্ত্রি য়াইমচৌবগী বঙলো মমাঙতু জিপ কার মোতোর সাইকল স্কুতর মসীং য়ামখৎলকই। মন্ত্রিগী থুংচাবী ওফিসার, থিকাদার, খোঙবু, থাওবুনাই, নপচরি ফজরি স্নুরে। লৈবাক রারেপ তানা থিংগ্রবা নহারোলনস্থু য়াক্রবা অঙাওবা অচেৎপী পৈন্থুনা লৈরে। ইসং কারবা মীতৈ ঙাক্রা, উকাবী রাম্মী। থগাই সাংবা রো য়াওরি। য়েম্বা অচৌবা মরি মঙাস্থু লৈ।

নহা মরি মঙা য়েন ঙা ককদবগী থৌরাং হৌবতা মঙাইরি। নোংথাংগুম য়াঙনা পাউ লাকই, পি আর লাক্লে, সরকার মতম কক্কনা সম্পেন্দ তৌরে। মন্ত্রি য়াইমচৌবা লুকথখি ভুমিন্না কাদা চংখি। মন্ত্রিগী মবেম্মা মানহুম হেন্না সোকচিল্লি, থোংথাং লম্না থাংখি ইমুংলোমদা। চাগনি থকনি ঙাওগনি খনজহুনা লাঙলম্বা ময়াম মমিং ফল্লপ য়েংলরম্লগা থোকখি। মন্ত্রিগী মীতা সংসংনা উরকই, থুবাক্তা কেনগদৌবগী ঙাইরম্বা চাম্মা চৎপী মপুল, চামঙা চৎপী ময়াম, লোয়ননা কুইরক্ত্রবা মীখল। থরায় য়াওক্রবা য়েন অমদি ঙা ময়াম ভুমপক লৈহৌরি ঈংসিল্লক্রবা নিংথমগী অহিংহুদা।

১৫।১।১৯৯৪

# চৈথেং

শ্যামকুমার শাইখম

— কৈনো নচে হন্নকপী মথোঙ মরম খঙদবীসি সিদা থম্নিবসিবো ? ঙরাংদনি সিদা লাক্লিবা, ঙসিনা ঐঙোন্দা হৈপা সাজিল্লক্লে। অদু ভোগা, অদু ভৌমুগা ছং মানা মপু সাগৎলক্লে। তুমিন্না লৈরবদি কদায়নো হায়বু।

মুনাল মাগী মুপীগী রাহুদা থোইনা মপুক্লিং চঙবা মতৌ উৎলক্লে। মফি হোংদোকদবদু হোংদোক্লগা ফেন থাগৎতুনা সোফাদুদা ইরেন্না ফমলি। চৎথোক্লবগী ছুমাং হন্দোক্লনা ফমলিবা মপুরোইবনা হোয় মাই হায়রক্লবসু সোমিদি ঙাঙবা লেপত্রি।

ঐদিনে নহান্না থমগুমসি হায়জবছুনি, হৌজিক্কি ফজরে কারণর থংননা লৈমিন্নরিবা মন্নামসিগী মমাঙদা ঐদিনে ইমায়সে থমফম লৈত্রবনি। নঙদি নচেনিনা মুংসিরিবনি হায়তুনা তাসীন উগিন্নদবা ঙন্মী। ঐদি লৈমিন্নবগা ঙমজরোই হায়রিসিনি।

মুনাল মাগী মুপীদা থারপ য়েংলগা চৈবোই করিবোই হায়রকই,

— হৈ রাথিদু তৌরকমুকো নঙ।

— অঙইনি নচে সকহেনবীসিগী হাক্কক্না মীনা মঙবু উদাইৎপিত্রবনি। নচেগী মরমদা খঙদবা অমত্তা লৈত্রবনি। ইচেম্মহোয়গা থবক তৌমিন্নবনা অয়াম্বনী। ইতৈ অনীনা থমসি য়াদবগী মরম য়ান্না লৈ। কদাইদনো য়ুম অমা রায়রগা লৈহল্লসি, ঐখোয়না সেল অদুম ছুল্লগা লোইরে।

মৌপা হল্লকত্রে খঙহুনা মমাংকাদা থোকচরকপা মনিসংদু মথোঙ থাংজিল্লকপা ঙমদনা চপ লেপ্পী, থোঙজিন ময়াদুদা মনাওমুপীনা ঙাঙলিবসিংদু মহাক লোয়না তারে। মৌপাগী মায়কৈদগীদি থোইনা মথা

তারক্‌পা তাদে। মনিসং মসাতু থক-থক নিকই, মতীনবান থক-থা চীক্তুনা থাওতি। পিতগা মরুপ ওইরক্লবা মমীৎ অনীত্থদা ওন্সিদি শিগী ঈনৌৎ অমুক কারকখিদ্রে। মথুংতু চেজেং পায়খিন্দুনা লেপ্লগা মাগী কারোমদা থুরপ চঙখি।

মুনাল সোফাত্থদা মচী লেঙদনা ফমলম্বদগী করিগুম্বা অমা খঙনীং নীংসিংলকপগুম ক্‌ক হৌগংলকই। মনাক্তা লেপ্লম্বা মাগী মুপীবু হাই-রূপ ইস্তোকপোই করিবোই তৌরয়গা মচেগী কারোমদা কিংলপ চঙ-লকই। কাত্থ ইহাও হাওলক্মী, চাকথুম কারোমদা প্রেপ প্রেপ চঙত্থনা অমুক য়েংই, লৈরনদে। মুনাল মচেবু হনজিন হনজিন কৌই। মনীং-থোঙগী থোঙনা হাইরপ কাথোক্লিবত্থ উরকই। মনীংথোঙদা প্রেপ প্রেপ অমুক থোক্তুনা মনীং ময়াদা কোইয়েং অমুক য়েংই, লৈতে। মানা চিংনবত্থমক থোক্লে। মাগী কারোমদা চঙলক্তুনা ফুরিৎ থোঙগ্রাও ফনসেৎ সেৎচিল্লী, মচেবু থিরুগদৌরিবনি। থোরক থোরক্লা মাগী মুপীদা হায়রমই।

—ওসিনে ইচে হেক ফংদবদা নঙ সিদা লৈত্রে খঙউ।
 ফেৎ তৌত্থনা থুমহৌই মাগী মুপীনা।
—ইম নোকচনীংলেদা সৈত্য, হো এগী মিংদা লৈবা কারক্তরনে।
 ত্থং, মীৎসে নাদৌরিবু।

মুনাল ত্থমিদাং থেঙলবা কান্দা চোকখনা হল্লকই। চাক চাদে, ঈসিং গ্লাস অমা থকচিল্লগা ফমুঙদা চঙখি। সোম তপ্পা চঙসিল্লগা হংই।
—চাক চাররোইত্রা?
মুনাল পাউথুম পীরক্তে, মমীৎ অনীত্থ মুক্তোরক্তুনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা তুমখখি।

সোমিনা মীকপ থোক্তিক্লৈ মম্লিঙৈদা মুনাল চৎখিরম্লে। ত্থমিদাং থেঙলবকান্দা মচিনবান থক-থক কংসিল, মায়থোঙ মকসিম্না হল্লকই। অত্থ-অদা হায়রমদনা ফমুংদা চঙখি। সোমি কিরপ্পা মনাক্তা ফম্লে,

ৱা ভাঙবা পাক ভমদে। মুনাল মমাম্বহ্ ইহাই হাইগম্বনা তপ্পা হায়রকই।

—নঙ ইচেবু খঙদ্রেমালে, ইনাকথুনবা ইমুংদগী হৌরক্লুনা চৎনু লোনচৎতি লন-থ্নুমা কুপথ্রমাল্লে। ঐ অমদি ইচেগী লাইর-নংবা ইভৌদা ঐখোয়বু কৈস্ নু ওইদনা খল্লমালে

—চাক হাম্না অমুক্তা চাথোকপীয়ু, ৱারীছ কোম্না সারসেবা।

—ইচে হেক ফংদ্রিফাওবা ঐ চাক মরু অমত্তা চাখিরোই, ফংব্রেদনা চরা হেন্দুনা সিজখিসমু। হুমাংমলনা হিংলকপা পুন্সিগী মমলবু ইয়াম্বা মুপীনা ভস্বসিংহুনা ইনাকথুম্বী ইতৈমা অনীগী খুদোম্বীদা উভখিহুনা কৈস্নু লৈতনা হম্বুনা খনগ্রবস্নু, ঐ অমদি ইচেগীদমক লৈরি খঙহনগে। কাম্নদে পোত্থাক্নরো, মতমসি থেঙলবনি।

অকোনবগী ৱাহৈহুদা ৱারৌবা য়াওদবা মুংশিবগী খোঞ্জেল অমা লোয়নরি হায়বসি সোমি খঙই, তক্নরকই।

— চাক খজিক্তুং ওইরবস্নু চাবীয়ু, নঙনা চাদ্রদি ঐস্নু চাররোই।

— নঙ খঙলমদবা য়াই, ইমা পাজি অনিমক ঐনা পিসক পিক্লিভৈদা লৈখিদে। ইচেনা মোপ্পা অহুমগী পুক্কী অমদি মহৈগীদমক লাইরিক তম্ব লেপখি। ফিসা কোনসা ভৌহুনা, মীগী ফৌস্নু-চেংস্নু ভৌহুনা কোল্লিক ৱাইরম ফেংহুনা মীনাইদা মীনাইগুম মোপ্পা ঐখোম্বীদমক লেল্লকখিবনি। মসীং নাইদনা চারা হেনখি ঐখোয়গী পুক্কং থম্নবা হোৎনবদা। অহুবু ইচেনা নোংমত্তা অৱাবা মুংঙাইতবা সকফম অমকাওবা উহনখিদবনি।

অসাংবা স্বর অমগা লোয়ননা মুনাল হীপ্লম্বদগী তপ্পা হোগৎতুনা ফম্মী। সোমিস্নু ফমুং মচিহুদা ভসায়দগী মচী লেঙদনা কম্লী। মুনালনা ভাঙবা লেপখিবা তানজা লৌরহুনা তপ্পা হায়রকই।

—হকচাং অহ্ ম্লাম্না চোকথরে, সঙ্গোম্না করিনো অমদি থকপীয়ু, ঐ সেমজক্নগে।

—ভায়খো তাখো, ভসিদি ঐখোয় লোয়না মী ওইরে। অমনা কলেজগী ওজা অমনা এসঃ ওঃ ঐস্নু থবক অমদি তৌরেদনা। ঐখোয়না মী

ওইখ্রিমথৈ ময়ুম পাল্লোই হায়দুনা খাওখিবনি। চহী নীফু হেল্লগা য়ুম পাল্লবনিনা মমিংতা মচা উবা ফংদ্রে। ইবাইনদি লুনা তৌজবনি অদুবু মনেম মকুনা নমদুনা ইবাইদু মুপী অমা থিহনখি। মনেম মকু অমদি মনাওনুপীগী ওংপা খাঙবা ঙমদনা তাচৌগী মনাক্তা লাকখিবনি। ইবাইদুনা ইচেবু লৌনবা তত্তনা লাকখি। মদুদনি ইতৈমা অহন্না মুপা ঙাওনৈ হায়দুনা লৈকাই সরা সম্না পাউথোকপিখিবদু। তাচৌমু ইতৈমগী মায়কৈদা লেপথ্রবদা ইচেদু তয়াইগী নাক্তা লাকখি। ইতৈমা অহনবা অমুক ইতৈমা য়াইমদা থৌজিন্দুনা ইবাই লাকপদা অমুকমু ইচেবু পাউথোকপিখি। তয়াইমু ইতৈমগী মাইয়োক্তা ৱাহৈ অমফাও হায়খিদবনি। ইচেনা ঐগোন্দা কপ্পুনা মথম্মোয় শোক্না তনখিবনি।

মুনালগী ৱারী অনা তানা সোমি মমৌংতগী মপী চেন্থরকই, হায়রকই।
—ঐ লানখ্রে, ইচে অনীনা পঙহায়দা হায়জিল্লকপদুদা ঐমু থাজরুবনি। ইচে হেক ফংবগা ঐমু ইচেদা লাপ্লে হায়জগনি। অদো করিনো থরদংদি চাবীয়ু।
—ইচেদো মৌপগা ঐবু ৱারৌরমগনি, খাঙবা কনবী ইচেনি অমুক উপ্পবা ফংদবমু খঙদে। ঐ ৱাসক্লবনি, ইচেবু হেক ফংদ্রিমথৈ করিমত্তা চারোই।

মথংগী অয়ুকনি, ঈসিং থ্রাস অমা থকচিল্লগা মুনাল মায়থোং লুকথনা লোকখি। ৱাহৈ অমফাওবা হায়রমদ্রবমু হাইফেৎ য়েংলম্বা মীৎয়েংদুনা তাকই মাবু ঙাকপীরম্লে হায়বদি। সোমি থোঙবাদা পায়রগা মপি ঈরা চেম্না য়েংহৌই।

সোমি ঙসিদি মপুক্লিংদু লৈতাবা ইঙম ঙমদে। তৌফম থঙদনা ইমুংদা লৈরম্লগা মপান্দা থোক্লকই। মামু ফংব্রা য়েংগে সিনি। মহাক চপ চানা খঙলে মহাক্না অঙকপা ফংনা লানখ্রে। সোমি মায়কৈ কদোম খঙদনা কাৱতরদগী ফনা লাপ্লকলে।

২৭।২।১৯৯৪

---

# 'লুখাকলা অপাইবা'

হেমজিৎ

ইচেভা-!

ইন্দিরনা ঐগী নাক্তা চঙশিলকলগা লাংভক্লনা কৌয়কই । ইচে লভা হায়বগী মহুৎতা মানা ঐবু অম্মুম্না ইচেভা হায়না কৌই । মহাক মথা তাদনা ভাইহাক তুমিন লৈক্লবগা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই ।

ইচেভা, য়ুম পানবসিবু কমদৌবগে ?

ব্রাহংশি মঙোন্দদি ইচম চম্নবা য়াই অতুবু ঐঙোন্দদি করেম্নবগুম থোকখি । করিগীদমক ব্রাহংত্নু ঐঙোন্দা হংলকলিবনো চমমনখি । মাবু চিংনা য়েংতুনা ভাইহাক লৈক্লবগা খোইশাওননা হায়দোকখি, "খঙনিংলবদি পাল্লগা হেক য়েংউ" পাউখুমতুদা মহাক ইকাইনা লুকথখি ।

ইন্দিরা ইচম চমজবা শক-চু চংখোনবা অয়ুকী লিক্লা কোকত্রিবা পোমশাৎনরিবা লৈরাংগুম্বানি । কনাগুম্বা মমান-মমানবা অমগা চাংদমনক্লবদা মাগী করিস্নু ব্রাৎতে অতুবু হৌফম সাৎফমনা য়েক্লবা ওইরি । লাইরবনা লাইচুরবা, শাহৌ ফৎত্রবা মচিন মনাও ময়ামতুগী মরক্তা মাস্নু ঐগুম অহলনি । পুং ২৪ য়ু ভাওবা মপা অমদি মনা মশিং থরা ললোম্লগা হিংনবা লাম্হেংনরিবা মমাতুগী মচানি । ইনাক্তা ভৈহাক ফমলমলগা মহাক চংখ্রে । চংলগে হায়রম্বা নৎতনা খোইনা মথা তারমদে । ঐগী পাউখুমতুগীদমক মহাক মুংভাইখিদবা মাল্লী । ভসিগী সমাজসিদা মাগুম্বা অমদগী অতুগুম্বা ব্রাহং ঐ খক ভানিংলুদে অতুবু মানা ইকাইখিবতুগীদমক মুংভাইতবদি ঐঙোন্দস্নু কাওহৌই । ঐনা খুমনিংখিবনি । 'মুপী ওইবগী পুন্সিনা খাইদগী মুংভাইবদি য়ুম পান্দনা

হিংবা পুন্সিনি'। খুমদি খুমখিদে। মসি লালথদি মাই অহুবু ওসিগী সমাজসিগী অসং-অমাক, অকে-অমৌগী মাওলবা লমজেল অসিদা লমদাম্নরুবা ওমলরোইদবা ঐখোয়গীদমক্তদি মসিনা চুম্মি।

ওসি ইন্দিরাগী মাহং অমখক্তংনা ঐবু অমাবা ঈপাক্তা লংশিন্দুনা কাউরুরবা কয়াদো অমুক নৌহৌননা নিংশিংহন্নকই। পুন্সিগী বসন্তা অয়ুক্তুদা নোংমা ঐস্মু নৌনা লৈশাং তমজরুই, খোইদাজবা মহাক্কা পুন্সিগী পান্নবা ঈপাক্তা পুন্সি হিরোই ওইমিন্নসি তেমশিংনদুনা য়ুম পানমিনখি মা- ঐ।

তাইবংগী চংনবীদুদা চুমনতগী য়ুম পালুবনি ঐ অহুবু লাইরবগী খুদোংচাবা অমদি অউনপোংকী লৌতুনদুনা ঐবু য়ুম অদুদা পুক থম্না চাক চখোম অমতং চাবদি লায়রদুনা ইশাগী শর ফাওবা ইনিং-তৌনা হোনজবা ওমহনখিদে। চিন্দা অক্ষবা শাদুনা মীমাংদা কয়া য়োনখিখি, থৌশিল থৌওং কয়াদা অপংবী অঙাওবী তাহনবীখি। মচেক ঙৈবা খোইদো শিকপা মাহৈ কয়ানা থিন-থিন্দুনা হিংনা হিংনা হাংপদগী হেন্দুনা য়োংকী কোলুদা চুহি শুমগুম মাথল লৌশিং পাজল পুন্নমক শুমদুনা লৌথোকপিখি। ঐহাক তুংগী আশা কয়াগা লোইননা য়ুমদুদা লাকখিবনি অহুবু মহাকস্মু ওন্থোক্না থ,না হোংখি। মনাক নক্না লৈরবা তুংদদি সুংশিবস্মু নোংমা নোংমগী মাওখিবগা লোইননা পুন্সিগী মমলবু করিমত্তা থম্বিরকখিদে। ঐগী অমাবা পুমবা উনা উনা উশিন্নখিদে, থম্মোইগী মাকং কয়াবুস্মু হন্না তাবিদনা গুপ্তগী খাওও, হায়বা অসিখক্তনা মানা থওইবিদ্রবা ঐহাক কয়াম কুইনা পেন্থোক্তু,না খাওবা ওমগনি। শিবা মচেং খাক্না পুন্নমক মাও তাকলবগী তুংসিদা মৌ হলকপী হায়বা মিংথোলসিগা লোয়ননা ইপামদা হন্নকখি।

কনাগুম্বনা ঐবু খঙনিংহুনা হংলকলবদি ঐ ইশানা মৌ হূলকপিনি হেক্তা হায়দোকচৈ। মসিদা করিস্নু নাচুংদে হায়না নখোয়না ঐবু য়াম্না ভৌবা ভম্বী ওইনা লৌরমগনি, ঐ অহুমক্তি নংত্তে নমথাক লৌনম পামজদবগী বানি। চহি মতাং অসিদা মপাল থোক্না পাঙ্গল শাঁজিন্নহুনা শুফম নোমফম থিবস্নু মীবা ভাংনবদা হালেংদ্রবা কলক চাওরবা সমাজ অসিবুস্নু কিজরুবনা ভমথিদে। লাইরিক লাইশু ভমজরকখিবহুগী মতিকচাবা থবক ফংগনি হায়বস্নু লৈত্তবনিনা মীপাল ভাংদনা হিংজনবা অমদি মীরক তিনবা ভমনবগীদমক ঐহাক পিঃ ডব্লিউঃ ডিঃ অফিসতা মস্টর রোলদা থবক ভৌরি। লাইরবা ঐখোয়দাদ মরুপ-মপাংগী সঙ্গ লৈকায়গী পোৎয়েং-চৈয়েং অসি পুক পুবদগী হেন্না লুম্নবা পোৎলুমনি। পাবুংস্নু নৌনা লৈখিদ্রবনিনা য়ুমগী থবক পুম্নমক ইমা অমদি ঐনা পুরকখি। শুবা নোম্বা হন্দবনিনা মমাংঙৈভদগীদি খবা শাফরে মীমান্নবা ভমদ্রবস্নু চরামক্তি হেলরোই খল্লি। চৈরক অসিদা ইবুংভোচৌবহু মুপী অমা চেনশিলকলে। শেল থোকপা থবক অমা ভৌবস্নু নংত্তে, মথুং মশা হৈবস্নু নংত্তে করিবু ভৌহুনা থাকদোরিবনা খঙদে। ঐনী লৈজরবা লিক-কোল কায়থেক, মরুপ মপাংদগী পুংলংহুনা ঐখোইগী ভমজবা ফাওবা হোৎনহুনা মহাক্তি মথৌদি লোইশিনগ্রে। পুম্নমক মখোয়দদি মনিং থুংলমলোই হায়বা খঙই অহুবু লৈত্তবনিনা করমদি ভৌনি।

হান্নদি ফনা বারবস্নু ভাথোক ভাশিন হিংমিন্নরকপনি অহুবু হন্দকতি য়ুমসিদা মৌ হেক লাকপদগী পুমহোং হোংগ্রে। মচিস্তাক চাবা ইমুংদগী লাকপী মুপী ওইবনা থোইচং বাংচৎনবী মীনা ভাংবদা খওই বাওইদবা ঐ খঙদবা নংত্তে অহুবু ইপাবু মুংশিজরুবনা মনিল নাইদা খাঙলকলি। করিগুম্বা শোয়হুনা চিন্দা পৌদানরুবদগী ইচিন ইমাও কাইনগদ্রা কিজরুবনা তুমফম চাফম খঙখিদে।

অফিসতা ঐগী ইভৌ উবদা এক্‌জিকিউটিভ সাহেবনা ভোয়না হংবি নশা ভমদ্রব্রা, শেল থুমগী অন্নাবা কৈদ্রা অহুবু মহু ঐগী লনাই

য়ানিনা থক হায়দোকখিদে। হানদগী মহাক্না ঐবু লুনা ভৌই ঐগীদমক য়াম্না য়েংবী। অহানবদদি ঐস্মু কোইরম্মী অদুবু মানা দ্রো-দ্রো ভৌবদুদা হৌজিক্তি হন্গোইদ্রে। নোংমা ঐবু মাগী কাদা কৌশিল্লগা চে অমা পিত্নুা য়াক´ চাজ´ তারবনি হায়। ঐ থাজখিদে অদুবু চুমলম্বদুদদি হায়ফম খঙদনা হরাওখি। সাহেবনা মখা অমুক্ত তারকই

—ঐগী করি ভৌগনি ?

—ঐনবু ঙম্বা ওইরবদি সাহেবনা হায়বদু শোয়দনা ভৌজগে।

—শোয়দনা ভৌগদ্রনে ?

খন্নহৌদ্রবা পাউখুমদুগী মরৌ লৈরবা য়াহংদুনা ঐবু তশেংনা ইকাইহনখি। মানা ফাগী ভৌবনি হায়জরবস্মু ঐঙোন্দদি ফাগী ওইখিদে। কাদুদগী থোরকলবা মতুং ফনা কুইনা হুমাং অনপ্পি কাখি।

থবক য়াক´চাজ´ তারে অদুবু মুংঙাইফমদি খঙদে য়ুমসিদা ঐনা অফিস চৎপসি শুনিংদবা তারকপা, য়ুম অসি মানা পালকপা ঐনা ভরাদা লৈবগী ভাব অমদি হলক্পিনি হায়বগী উশিংতবা মিৎয়েং অদু ঙরাংতা লাকলিবী মাগী মাইগৈদগী খাঙবা ঙমখিদে। ঐগী কুমবংন-দুনতা লৈবা ইভৌসি সাহেবস্মু ক´রিগুম্বা থরদি খঙবা মাল্লি। হাম্নদি মাগী মনাক্তা কৌশিনবসি থবক্তি য়াতমক হংবনি অদুবু হন্দকতি মরম লৈত্রবস্মু কৌশিল্লগা মাগী ইম্নং-মম্নংগী অমদি লনাই মশাগী য়ারি শাবা হৌরকখি। ঐঙোন্দা হেম্না চমথোরক্তুনা লৈতাদ্রবা চরাংনরবা ঐগী থম্মোয়দা মাগী মফম কনবা হৌরকখিবনি। ইথক থোংবগী মিৎয়েংদু ঐনা তথি-তথি লৈথোকপা ঙমখিদে। মাগী য়ারি কয়া তানিংদ তানিংদ তাবা, মাগী ফাগী কয়াদস্মু নোকনিংদ নোকনিংদ নোকপা নত্তনা ঐ করিদি ভৌরুনি ? করিগুম্বা মহাক উন্নবা মতাংদস্মু মুংঙাইভবা ফাওরকখি। মাইগৈ অমদা তাথিবিরবা ঐহাক ঈশিংনা অনেম্বদা চেম্নরকপগুম খৌজাললা থল্লবা মঙোলোমদা মাই ওনশিলকখি। ফনা শাংনা তুং হন্দুন চেলকলে অদুবু ঙসিদি চোকথরবা ঐহাক মহাকুম্বা

মশা মরেং ফল্লবা উপাল অমগী মখাদা খোঙফম চেৎনা পোথাজবনা ফগদ্রা থল্লকলে।

নহাল মখৈ ওফিসকি বোস ওইরম্লবস্তু ঙসিদি মহাক ঐগী লোই-নবা ওইররে। ঙরাংদি ঐহাক মৌ হল্লকপী হায়বত্থুখক্তমক ওইরম্বনি অদুবু ঙসিদি অতোপ্পী হায়বা তমথিরবা মিংথোল অমগমুক লৈতেংলরে। ঐ মুপী লৈবা নিপা অমদা য়ুম পানগনি হায়না লাকচরবস্তু মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিদি অরানবনি। ঐদি মীগী মরল মথ্‌ম য়াম্না পাম্বী মুপা নহাদা হেঙো কাজরগা নুংঙাইজবীদু নৎতে, শুপ্নতগী কলক চাউরবা সমাজশিগী মাঙদা নিপা হায়বা অমথক্তংগী মরুম থ্প্রা হিংলবদি খনজরুবনি। নহা ওইরিবী ঐগুম্বী মৌ হল্লকপী অমদদি হিংবসি কয়াম রাই হায়বত্থু নখোয়দি খঙলমখিরোই। লৈত লাইরগী মৈখুলক্তা লমহেনবা নহারোলশিংগী করেমনবা রাহৈশিং, লমচৎ কাম-লবশিংগী মিতানফম ওইরকপা অমদি নমজা নমথেক পাম্বশিগী শিংন-রকপা পুম্নমক চহি মতাং অসিদা মায়েক্লবা তরাই তরাইবা নত্তে। অদুবু ঙসিদি মফমসিদা লাকলবগী তুংদা ঐহাক তশেংনা খঙলে মুপী হায়বা জাৎ অসি অমনা অমবু তেংবাংনবা লৈতে হায়বসি। মফমসিদস্তু শুপ্নতংগী মী অমথক নৎতনা মীপুম খুদিংমক্লা ঐবু মীগী মুপা ফাবী, মীগী ইমুং থুগাইবী তৌবা ঙম্বিনি হায়না তাথিবা অমদি তুক্কচবা ঙাক্তনি।

পুন্সিগী থাজবা পুম্নমক মাঙথরকলবী ঐহাক ঙসিস্তু ফকলাং মরিনা কোইশিনবা লুনানবা কা মমুংশিদা থুম্বিনবা য়াওদনা ইদোম রাহং কয়া হংজরি—করিগী নিপানা মুপী লোনবা চৎনরমলিবা, করিগী অতোপ্পী ওইনিংলুরি? ইন্দিরাবু নিংশিংলকথি, ঐনা ঙসি ওইরিবসি মঙোন্দা খুমনিংখিবা পাউখুমত্থুগী ওম্নতৈনবদনিকো খল্লুবদা থম্প্রোয়দা মচিল চামা লোঙবা তেনজৈনা থিরবগুম চৈনা ফাওরকখি। অমম্বা মরকসিদা উরকই লৈচিল নোংফাই পবত্রবা ফাইরেনগী মপুঙ ফারবা থাজগুমলবী

পাপ পকত্রবা চমলবা মাইথোং অমা পরদার মরুমদগী ঐবু হুনা য়েংলম-লিবদো। তথকলবী তনৌনা মুংশিরবী থেবা মীৎহাগুমলবী মাগী মীৎ-য়েংদা ঐহাক থম্মোয় হুখি, পুন্নমক কাওথোকখি, মাবু ইনাক্তা লৈহনিংলুই লোইননা থম্মোয়দা অমুক্তং চেৎনা কোনজনিংলুবনা তরামনা খুৎ তিংথোকচরুই অতবু অয়াকপা খোঞ্জেলদা কিনা লাউ-খোংতুনা মশম মনা চপ য়ুংবমথৈ হন্না য়েংলমদনা চেনখি। অঙাংতুনা ঐবু শায়োকশংগী শারং মন্নুংদা য়োকপা ভমথিরবা শাহিং চারবা শা অমদা য়েংলমবগুম য়েংলমবনি খল্লবদা থম্মোয়সি মচেৎ কয়া থোক্লা কায়তুনা চোইজাইননা তাখি। হৌনরুবা লৈতনা মীৎয়েংদু মঙোলোমদা পনথৈ থানা য়েংখি। অঙাংদো ঐগী লোম্নবী ইচেম অতুনা চেনসিলকলগা চেৎনা কোনখৎপিখি অতুগা ঐবু অমুক্তং থানা য়েংলগা তুকৎচনা মতিন খুই শিংতুনা হায়রকই "লুখাকলা অপাইবীসিদ"।

৮।৬।৯৩ ইং

---

# মাইবী চঙবা

**হেমজিৎ**

মশক ফজবা মুপীগা য়ুম পানমিন্নবা চঙনা ম্মগ কাবগুম্বনি হায়বদুমক ওজা মুক্তাদা থোকই। মহাক চহী মতাঙ লৈশিল্লবা লাইরিক লাইশু খরা পাজরগা লৈজবা খরদুনা পেন্থোকচবা ইচম চমজবা স্কুলগী ওজানি। মশা য়াওদনা মাগীদমক ময়াম্না হায়না শিংনদুনা লুহোংবিখিবা মতৌলৈবী তশেংনমক মশক ফজে। মাগী ইং-তম্না, মোং-হাদবা, ইমুংগী থবক্তা খোইজংবা লৈকাইনা শিংথানৈ। মতমদুদা হায়নখি থুঙংসিদবু অম্বুক মশক ফজবা, লমচৎ ব্যেভার খঙবা লৈরমখিগদ্রা, ওম্মোরক্সু হৈনা থিগ্রেদা। কনা কনাগুম্বদি মচা-মমৌ রারকপদা মাগী মতৌ তমজো হায়নরি। ঙসিসু চহী নিফু তানখৎকলবী মহাক হাম্নৈ হাম্নৈগুম অদুমক তগৎ তগৎ ত্তেকলি কেথোরকপদা মাবু য়েংনিংদবা য়াওদে। অচুম্বমক্তি মুপী ওইবীশিংদি নিপাগা য়ুম্বানমিনরবগী তুংদা মশাগী মগুন পুম্বা ফুদোরকই হায়বদুমক মতৌলৈবীদা তশেং তশেংনা উবা ফংই।

ঙসিদি ওজা মুক্তাগী ময়ুমদা ইখঙ খঙহৌদনা অওনবা চাওখৎপগী অনৌবা নুংশিৎ অমা থুংলরে। মুপীগী সোসাইটি অমা লিংননবগীদমক হৈ-শিংলবী মুপী খরা তোয়না তোয়না লাক্তুনা মতৌলৈবীবু কাই-হৌবিররে। হায়দুনা কানদে মুপীশিংদো মচিন ফিবুল নমলফাওবা থুদোম্বিতনা জগৎকি লোন শুনা ঙাঙবা ঙমলবী ঙাক্তনি। ওজা মুক্তা মখোয়শিংদো কয়া য়েংনিংলুদবনা মাগী মুপীদা নকশিন্নরক্লু হায়-জখি। হায়দা হায়জিললুরগা মতম লেম্নবা অদুক য়াওবসিবু করি লৈবা থবকনো ভল্লগা কোক তোকথোকলগা লোইরে হায়বদুদা মমাম্ন মমীৎ খরবু শিংজরবদি ফরে খন্দোকখি।

মানা লোনাইটি হেক থাওবিবদগী যুমথুগী যুবাংলোন পুন্নক লুমকাক কাবক্রে। মতাংদাদি লোললনাখক্লোইদনা যুমদগী মখুপ অতা চাকথোং খিত্তনা পুং থাহুনা লাইলিক তমকাম মচানুপী মনমনা থাইতা পুন্নমক শিন্নকখি। লোংবা লোঅগী মন চাউখোক্তনা যুমদা লাকপা মীশী সেবাদসু মথৌ অমনি। হন্না কা চ নমদগী মহাক কান্দা হিদাক মনা হাপত্রবদি চাখিক্রে। কনিঙবা কান্দসু যুমদা অচৌ অচৌবা ঙা পুশিন্নকই অমদি মপুরোইবগীনি মচাশিংগীনি হায়ছুনা মমল য়াম্নবা অনাম অনানবা ফি-রোল থোন্নকপা অমসুং যুমগী অরুং অয়াক কম্না লৈশিন্নকই। ওজা মুক্তাগী বাখলনা করিনো লাগা কংখিদে। মরুক মরক্তা জিপ কারদা থিন্নকপতু উরুরগা মহাক চরম কংখি। থেম নৌহুনা তোকলো কয়ারক হায়রে, শাউবা য়াবা কম্না শাউহুনা য়েংলে অতুবু করিমৎতা কাম্নখিক্রে। অময়োমদা লৈকাইনা মাগী তুপীগী মরমদা ঙাংন-রিবশিংতু তারুরগা মমাই পুহুনা চৎপা ঙমগনকতে, অতুবু মচাশিংগীদমক খন্দুনা পুন্নমক থাঙলকলি।

য়ায়্না শাউনিংলিবদি মখোয়গী কারবারতু খঙলকপ সিদনি। মতৌ-লৈবীনা থবক যানোখিনি হায়হুনা শেন লৌথ্রে, শেল হাৎপ্রে চিবোন চিবোন ঙাংনরম্বশিংদো হৌজিক্তি বা বা লাউরে। ওস্নোক্লসু থুমাং চাওশিন্নমগ্রে লৈকাই ফাওবা শোকচিন্নমলে। লুরিবদি হরানবনা লৈকাইদগী হুরবদি মাগী চেক্ত লোইরে হায়বতুনি। মীনবু মচীন থীহুনা সুমিৎ কয়ানি থীবা যাগনি, উদনবা চেনবসু পিকপ্রবা লৈবাক্তি কয়ানি চেনগনি। মী থেংনজরগা সুংঙাইজবী মহাক কনাগুম্বনা হংলরবদি লাংতকনৈ উননিংদে। থোক্তবু ওইরম্বা মখোয় মশেল বারী শাবা ফাওবা মী তাখিনি উখিনি মতাগুম মচি মরুমদা জু-জু তৌনৈ। অহোংবগী অহোংবা ঙাকনি নহাল মখে হায়জ নোনজবা লাকপশিংদো হৌজিক্তি থৎনরা শীংনবা লাকপা ঙাক্তা ঙাইরে। অমদগী অমুক লৌ অমদা অমুক শিং ফনা কুইনদি মন্দিল নাইদনবা হোৎজরম্নবনি

অত্থবু হৌজিক্তি মহুস্থ য়াত্রমানে । শেলনশা শিংজোকতবনে হংবস্থ লেপতবনে তুমকম চাকম খণ্ডখিনে। নিপা নহাওম মীনা হৌনত্রিবৈ থোকপ্রগা মী থেংনয়রোই হায়বা কান্দুবা হনজিক্কই।

অহানবদদি শেলসি মত্তৌলৈবীদদমক খৌরম্মী অত্থু হৌজিক্তি ওজা মুক্তাদস্থ হক থোক্লা থৌরকলে। মহুনা ত্তৌবা থবকপু মবানা খণ্ডদবা হৌনত্রা হায়না মণ্ডোন্দা ত্তাইনরে। অণ্ডাং অমা কংলে য়া ভম্লা ভাংলম্বা, অহল অমা লাকলে খিনা চৈরম্বা, লেন্দা ওইরগা উশিং থওইদনা ত্তৌরম্বা, মমাংঙৈদা অমুক্তা থেংনখিত্রিবা খৌদৌনিনা মহাক থাওবা ভমখিদে। মান চাং কয়া কায়থোক্তুনা শিংবা য়াবমথৈস্থ শিংগ্রে। ফনস্থ য়ায়া লৌশিলম্মী লোইবা কৌবা নাইদে। ফিভম শোকচিন্নকলবা অসিদদি খিদবা য়াদহুনা থিক্তিলুবদদি অমনা খরা লৌখি হায় মীনা খরা পুখি হায় মেন মান অমত্তা তান্নদ্রে। মাবু লোইন-রম্বশিং অহুদি শেন্দোই চাবা য়াও থিকাদা শিয়ার ত্তৌবা য়াও মশা থবক্তা লিংশিল্লম্বা য়াও ফিভম অমত্তা কায়হৌদে। অপংবী মাতনি শোকহৌন্নিবা। ওজা মুক্তা হৌজিক্তি উপাই লৈত্রে, থাওনা য়ান্দুনা হাং-কনি হায়রফাওবা শেলদি লাইরহুনা থোকনিংঙাই ঈ কাওবা য়াওত্রে।

লৈকাইনা ফনা শীংথারম্বা য়ুমহু ওসিদি থংনা চৈনবদা মমিং লৈরে য়ুমলোম্নবগী অণ্ডাং ফাওবা মখোয়দা চণ্ডলুস্থ মত্তৌ তমলকনি হায়নরে। মশা মশাগীত্তা খম্নরিবৈ তুফক তুফাই চল্লবা মহু মমান ইপোন পোল্লবা অনাবা উচেক মচাগুম্নবা মচাশিং অহুগীদমক্তা মমা মপা অনিহুনা মীংকুপ অমফাওবা কাইথোকপা ভমখিদে। মপাস্থ মত্তৌলৈবীতবু লৈত্রবদি য়াই শংলনী খন্দুনা মপামদা চংগ্রো কয়ারক তানথ্রবনি অহুবু য়াদহুনা লাকলি। ওসিদি থংনমনবসিদা ইকাইরত্রা নংত্রগা শাউরবা চংলনি হায়হুনা জবেং-জবেং ভাওলমলগা চংগ্রে। ওজা মুক্তা খামলুদে পুন্সিগী হল্লকত্রবস্থ ফরনি থনখি অহুবু মুমিং ময়ুম চণ্ডফাংত্রিবৈ তম্না হল্লকখি।

মতৌলৈবী মফি মরোল থঙদ, চাবা থকপা চঙদবমখৈ চোইরোমি পারোল লোন্দুনা কমুংবা লৈরকলিবসি ঙসিগী খানা হৌরিবা ঙাজিনরে। শেল খৌবা লাকপা মখেস্থু মীওইবা মশেল ওইবনিনা কয়া নারে হায়বত্থদফি চীন থোকলমদনা হয়খি। ওজা মুক্তা শাউবদগী হয়া য়েং-লুত্রবনি অত্থুবু সুংঙাইরকত্রমানে অথং অহৈ মাইবা ডাক্তর কয়া তাম-কুবদা কল তাবা ঙমদ্রে অনাবগী লাইওং থঙদ্রে। লৈত্রিবৈত্থদা ভিংবা য়াবা শেল কয়ামুকস্থু ভিংলে, হায়ৌ হায়ৌ চেললুরবগী তুংদদি অথৈ থোইদোকপা ওইরমদ্রে মাইবী চঙলমলে।

ফনা কুইনা মীরোল ঙাংনবা য়াদনা মানা তৌনিংবতা তৌত্থনা থা মরিমুক লৈরুরবগী তুংদা হন্দকতি খরা ফরে। নৌনা ইথৌ তোংলে মচীন চুশ্মী হায়ত্থনা শেল হুনবা লাকপনা ইমুংত্থ চিকনা চাইনা ঙমখিদ্রে। হায়দি খরা ফরম্মি হন্দক্তি ওজা মুক্তা মাগী সুপীসি তশেংনা হাংনিংলে। ঙাইহাক লৈরে মাইবী অমা, ঙাইহাক লৈরে মাইবা অমা য়ুম অত্থ মী শুংব্রাং ব্রাংত্রে। কনাগী লাঙবদস্থু মহানি শরিক অমুক খিং, পেনা অমুক লেল, ইশৈ অমুক শক, জগোই অমুক শা ইমুংদো লাইরোল তিলোনতনা ব্রাই চাইরে। য়ুমদো মৈ থাদোক-লমলগা চংগ্রশিরা ফাওবা য়োরবনি। লাঙবা মরকাশদা শেল খৌবা লাকপা লেপখিবদি নংতে। মতৌলৈবী অরাকপা খুদিংমক ইচংথোনা অত্থমক শিংনি হায়ত্থনা থেম্নগা থাদোকনবা হোংনৈ মরক্কা হুই য়েন চিক্রবগুম লাউনরকতবস্থ নংতে।

খরা খরদগী মতৌলৈবা চপচানা অফাওবী মাইবী অমা ওইখ্রে। মাগীদি অথৈগুম্না ঙাহেন চাহেন লৈতে, মঙোন্দা অয়োনবা অফোংবা কয়া লৈ অত্থখত্থনা মাইবী অথৈদগী মানা মমিং চংপা হেল্লি। কোয়না চংচরগা মীরকতা লৈজরগা হৈনজবা মঙোন্দদি মশানা পামজনা খনজবা লন্থি অসিমক মাগী খুংচাবী ওইখ্রে। মীংকুপ অমংতা পোংথাবা শংজদে, ঙসিনা কনাগী লাই হরাওবা হয়েংনা অমগী ঈকৌবা, মথংদনা

অত্থু হোংবা, অদা তৌবা। যুম্মগা লৈচিংদবনে মখোনগা চিনশিল্লকপনে নিনি হনজিল্লক্কা, হুমনি হনজিল্লক্কা মনিং তমগ্রে। য়ুম পানবগী অর্ধ য়াওব্রবী মওোন্দা মপুরোইবগী শন-মান ইজ্জৎ হায়বা অমমুক থল্লকত্র-বনিনা মযুমন্থুদস্থু ওমঙ্গল হায়বথু ওইরে। ওজা মুক্তাস্থু শাউমনখিবনা মাগী মাগী থোকপা হন্না য়েংখিদ্রে।

অওনবা অয়ুকী অনৌবা পাউজেল অমনা ওসি ওজা মুক্তাগী থোওদা অমুক দোং-দোং থিল্লরে। মতম চাদবথুদা ওাইহাক খৌতক তৌক্লরগা তপ্না থোও হাংদোরকই। নহারোল অহনলোন থরা লেপ্পুনা লৈরম্বথুদদী খওল্লে থৌদোক অমদি শোয়দনা থোকলে। করিনো হংবা ওমদনা ক্রুম্বংননা লৈরিউৈ অহল অমনা ওজা মুক্তাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

ওজাগী ইবেম্মদো ওরাং নুমিদাং নিপা অমগা ঐখোয় স্কুল শওদা য়ারেকমিন্নরম্বদগী লৈকাই ময়াম্না ফারে। করি তৌশিগে হায়বথুস্থু লেপ্পরে অথুবু ওজাগী রা অমতং তাজনিংবদগী লাকচবনি।

য়াহৈশিংদো ওাবদা তু খ্যাও চুংখি, নোং খাকতনা ব্রজ ওারকখি। শাউবনা থক থক নিকলবা হকচাং অথু খোওকম চেৎনা লেপলগা ময়া কুক কুক চিক্রুনা থোকপা য়াদ্রবা পাঙ্গল অথুবু খুৎতুম চেৎনা পায়শিন্দুনা তপ্না তপ্না পাউখুমলকই।

ঐগীদি হায়নিংওাই করিস্থু লৈজদ্রে ময়াম্না থোকপা তৌবিগ্রো।

পাউখুমসিগা লোইননা স্বর ফ্রুইনা ফ্রুইনা হোন্দুনা লৈমাইদা কমথখি। মীয়াম মমাওথুদা ইকাইখিবনা লৈক্রক অহোবা লৈরর্বদ চওসসিরা খল্লিউৈ নহা অমনা মথা অমুক ওারকখি।

লৈকাইগীদি কৈন্য কৎকনি লোইনরে ওজাস্থু অমুকং লেওবিথুনা দান মচা অমতং —।

য়াহৈদো মওোন্দা করেম্নবগুম থোকগ্রে, য়াথু লোইরম লোইফাৎ-ত্রিউৈদা ওংথুনা লাউরকখি "হাংকনি হায়ম্নবস্থু ঐদি য়াওবা

ঙমলয়োই"। খোঙেলদুনা মপাবু মীনা লাকচরবোই নিংদুনা মচাশিংদো মপানদা চেন্থোরকখি। ইচঙ থৌরবী মচানুপী অহলদুনা করিনো করিনো হায়ৌ হায়ৌ হংজৈ অদুবু পাউখুম অমত্তা ফংখিদে। খোংলবী তনৌ তনৌরবী মচাগী মাইথোং উরুরগা ওজা মুক্তা থম্মোইদা খঙহৌদনা অকনবা চৈনা অমা ফাওরকই। 'অম্বুক কুইরবা চহী তরাত্তরেৎ অসি নংগা ঐগা য়ুম পানমিন্নরকপনি অদুবু হন্দক্তি মপোকসিমগীদি লোইরবনিকো' মুংদা তেংথাজখি। মপাগী অরাববু য়েংঙমদ্রবা মচানা করিনো করিনো কন্না তকশিল্লকপদুদদি থাংঙমদ্রবা মহাক জগৎকি অরাবা পুন্নমক কোকথোংনরিবী লানডদ্রবী মালেম লৈমগী লাইবক্তা চেৎনা তাশিনগ্রবা খুৎতুমদুনা অমুক্তং কন্না শুরমলগা "নমাদো মাইবী চঙখ্রেনহে" হায়রমলগা পুন্নমক্তবু তুংওইনরম্লগা থোকখি।

১৫। ১২। ৯৩

# রারেপ

ডা ধনবীর লাইশ্রম

ইংগ্রবা রাকচিংগী থাজিনসিদা লৈমা হুমাং মরিক কাবমথৈ রাংগ্রবা য়ুমথুগী মথক্তা লৈংডোই অখিংপা অহু হঙং হন্দা হোল্লি। মাত নত্তে নুসী মুপা মশিঙ হায়ফেং য়াম্মী। মথকী ফ্লোর অহু অসতর তৌবা ওইরমাল্লে। লৈমা চয়া চেল্লকপগী খজিক্তুং কলাক চোকপা অমসুং পুক্তা থরা চাকলক তৌবহু নত্তন পংবা রারমদে। পুন্নমকসে মপানথোংদদি ইকাই কাইবে পাকলবা লাইবক্তা ময়ুংকাবী চন্দন অমসুং তঙাংলবা চীনবান্দনা ইচে রাধেনা পীজবা পাম্মা। ঙসিদি ঙন্তা পোৎথাবা য়াদবা মুখিংনি অসতর তৌবা লোইদ্রিফাওবা অমুক কা-অমুক কুম মহৈ মহৈ পঙলাংদা লাংডী পঙলাউদা লাউনৈ। মতমনদি অচৎপনিনা মুমীৎ তাশিল্লক্তুনা থবক থারে। ঙসি সেন মেনগনি হায়নুনা লৈমসু পরেং লেপ্পা য়াওরুরে। মুমীৎ ১০নিগী লুঃ ৩০০দি ফংলকলে। চৎলগে তৌরমদাইদা সাহেব লাক্লে থবক সুবা ময়ামদা করিগুম্বা থরা শিন্ননিংঙী হায়নুনা অমুক লোইনা কৌশিন্দুনা ফমলে। মথোয় ময়ামগী ময়াইদা সাহেবতুগা মাগী মুপীতুগা চঙলক্তুনা চৌকী অমদা ফমখরে। রা ঙাংবা হৌদ্রিদৈদা লৈমদি লরাই লুতোন শাৎখ্রে তুংদগী বীমলানসু খুনিংনা থিনবদা লোইরে। মমাংদগা ফমজিল্লু ওন্থোকপা হায়বনু ওইরে। অতুবু মাগী হান্নগী মুপা ওইরম্বা সাহেবতুদি মোং-হাদনা মঙোন্দগী পৈরপ ফমনুনা থবক সুবদা চেকশিনগদবা, লোইগে খনবা থা অতুদা লোইনবা মথং-মথং কম্না ঙাংলি। লৈমদি ফমলি হায়বনু মঙাই করি ঙাংলি, করি তৌরি অমৎতা খঙদ্রে। লোইরে লোইরে হায়নুনা মহৈ মহৈ হৌগৎনবদা মাসু হৌগৎতুনা লৈকাইগী মচে মনেমগী

মতুং ইন্দুনা য়ুম য়েৌনবা কয়া লাকপা হৌরে । মুমাৎ খুদিংগিদি মমাংদা থাবা লৈমদো ওসিদি মনিংদদা তাহৌরে । বীমলানা ঙাগী তৌরকই- "ওসাই সাহেবকী মুপী বাবুনিতুনা শিবা নেক্লেসতু ঐখোয়গী ইভানা শিগদবনিদো ।" লৈমনা মপান্থোংদা :নাকশিন্নরগা হায় "অতুয়া লৈরম্নবদি মুংশিখ্রবী ইতা নং কনাইদগী থেংনরগনগে ।" বীমলানা মথা তারকই, "য়েংবদদি মুপাদো তপনা উখ্রেদা ।" লৈমনা "অতুনে হৌদোং তুমিন্না লৈবনা চফ্রু ওম্মী হায়বদো । থোঙদনা চৌকপা ছুইনে, ইমোন মোল্লগা কয়াম ফত্তে । মানা ঐঙোন্দা চৎখিনবা ওৎপদো । মমাতুম্সু ফত্তেদা মখোয় অনি চঙতুনা ঐবু অহুক খিনা তৌবা, থল্লুরগা কপ্প্রু কপনিংঙী" । মখোল নীকলকপা তাবতুনা বীমলানা ৱারী অমা থৈগ্রে । মাগী মাগী মুপাগী ৱারী শানরক্লে । অতুবু চৎলিবী মুপী ময়ামতুগী মুপাশিংদো অফবা অমত্তহেক য়াওদেদা । য়ু থকপা ঙাও-শিন্নবা, থবক সুনিংদবা ঙাক্তা । ইচে কেতুকিগী মুপাদনি শাংনা নারকপনা থবক সুবা ওমখিদতুনা ইচেনা থাকপা । অতৈদি শিখিবনা ফৈ হায়না খন্নবা ঙাক্তা । অতুগী হায়রুরবদি লৈমসু লাইবক ফরবনি । মুপা ফত্তবদা ৱাইথ্রংলুদৈ শরুক য়ুম্বাল শীৎপনা ফৈ হায়নবা লৈ । অতুবু মাগী মুপাদি খুদিংমক্তদি ৱাৎতবনি । মাগী অৱাৎপা হায়ববু মাবু লুনা তৌবীদবা অসিনি । খঙদে মুপা হায়বা জাৎসে হৌখিবা ৱারী, ৱামীন্নরকপা, মীমান্নবা :হাৎনরকপা পুমকাউ কাউবগুম তৌই । লৈমদি য়ান্না অঙাং ওইন: ময়ুম পানজরকপনি । মতমতুদা মাগী মুপা কলেজ কাবদা ঙায়রি । য়ুম অনিমক্তা কয়া ফাদোক্লনবা হোৎনৈ অতুবু মশা-মশানা ময়াত্রবদা য়ান্না অঙাং ওইনা লুহোংখি । লৈমদি লুথ্রাবী মচানি । মচে, মবুং-মোপ্রা কনামক্তা লৈজদবনি । অতনা মুপা ময়ুম-নসু য়ান্না উশিংত-উশিংত তৌরম্মী । লুহোংবা মতুং চহী ফাত্রিবৈদা মাগী মুপা মপান্দা বি ঈ. তম্বা চঙখি । মসিদসু মনেম্বোক্কী শরৈ ওন্নবা হোৎনবদা ওহাক্তা পোৎথাবা ওমজদবীনি । অসুক ৱানা চহী

মঙা-তরুক লেল্লিবা অসে মাগী আশাদনি। আশা তৌজখি নোংময়দি শোয়দনা মপুরোইবগী মপান মচুম চাহুনা মরুম থুপনা মুংঙাইনা লৈজগে হায়না। মসিমক্না অৱাবা কয়াসি খাঙহনা লৈরকখি। অদুবু মাগী মুপানা থবক তৌবা চহী ফাদ্রিঙৈদা মখোয়গী ষ্টাফনি হায়বা মুপী অমা অদুম চেল্লকলে। মমানা কয়াদা হরাওজখি। কয়াদা চাউনা লুহোংখি। ঐ অমসুং পীক্লিবা ইচা অনিসিনা লুহোংবা য়েংবা তৌহৈদে হায়দুনা ইনেমম্বোক্না শীন্দুনা য়ুমদা থিনবিরকই। মানা হায়রম্মী কৌবা লাক্লিবমথৈ লাকমুকো লৈফম লৈত্রি। নংগী লৈফম শেমগনি। অদুবু অদুম কৌবা লাকখিদ্রে। ঐ লাইরিক হৈতে লাইরৈ, কনাসু লৈজদে অদুবু ঐগী মুপাবু কল্লকনু, খৱনগনু হায়বা য়াবা নত্তেদো। নৌরিঙৈ মতমদদি ওম্বোক্না ৱাখি অদুবু খল্লি মুংঙাহ য়াইফবা মতিক চাবা মখোয়না পুকচেল অদুক পীক্লগা লাইরবী ঐনা করিগী পুকচেল পীক্লনি। হমুবী অশোনবী ইমাহুনসু য়াদে। "মানবু মুংঙাইনি হায়রবদি য়েৎলুমু ইচাসিদি ইচাগীসু ইসুনীপা অমগা ইসুমুপী অমগা য়াওরিদনা। মখোয়সে ফজনা শেয়গা লোয়রেদনা। কৈথেনদা লুকমাই পানগেরা, নচেম-ননেমশিংগী মতুং ইন্দুনা শিল-লঙবা চৎকে মচৎলু, তৌবত্তদি নমং অনি সুগমু লৈমা।" অসিগুম্বা অচেৎপা আসা অমসুং মমাগী য়াথং মতুং ইন্না লৈমা ঙসিফাওবা ইমুং পুহুনা মনা মনিন নাইহনদে। মমা অশোনবীসু কুইরে লৈখিদবা।

মচানুপী অহন্দু চাকথোং কৌসু ঙম্লক্কনা থর মথৈদি শাফজরে। অদুবু ঙসিদি নৌহোননা হীসাব মফম খঙদ্রবা হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী কয়াহুনা লৈমা তাঙ্গোয় ওয়া চাক্লকলে। মুমীৎ খুদিংগী ময়ুম য়ৌরগা মচাগী ঙামোক পীজবা চাক থোংবীবা পুম্নমক মফম খঙদ্রে। মথম্মোইদা নৌহৌনা চৈথেং পীরকই য়েংবা ফাওবা য়েংলক্কেদকো। প্রোক-প্রোক চাকলকই ঐনা করি লানখিদনা। উপায় লৈজদবী হৌনশা মখোয়না হায়বতা য়াহুনা লাকখিবনি। অদুগসু অদুক পোঙবা। মশাদো

ইহৈ হৈনীংদে মমল য়াম্লবা পোৎ অমা তাহৌবগুম ইমুংদা মুংনাংঙৌ। অমুকনু খল্লি মতমত্তুদা ঐস্নু শেনথোকপী মুপী অমা ওইরম্লবদি মখোয়গী মখাদা অত্তুক হন্থনা লৈরমলোইকো। য়ুমগী মকুপ মতা ময়ামসি পুবগী মকোক ফাওবা হাৎচবা শংদবত্তুদা খুদোংচাবা লৌত্তুনা মোৎলি, কেদে লব্রাইমুপীনি চম্নরোই অসিনিনে। সমাজসিদা মুপীগী মখোঙদা থাংলিবা য়োম্লিং, পীবিরিবা বদনাম, ময়ামসি খল্লুরগা সমাজসিবু নিন্দা তৌই। হৌজিকসু অত্তুমঙাই থবক সুমিন্নরিবা মুপা-নহা খরা তীম্লবদা মীৎয়েং অমা হেক্তা থম্মী। মুপীগা-মুপাগগি মরিসে অমথক্তুদগি হেম্না উদে। ময়াম্না খঙত্রে য়ুম্বাল লম্বীদা খজিক্কং কাই-রক্লবা হায়বসে মুপা-মুপী মরি নৎতবদা ইশা ঙাকচনবগী তুংগী অঙাং-মুবী শেম্বগী সমাজদা অস্নুক্কী মতিক লৈত্রে। মসি কোক্লবা নোংমা-ফাদোক কনাগুম্বা অমগা থবক চৎপসু করি করি পঙথন খনবা লানপনি। লোইনবসু য়াইনা থবক সুমিন্নবা মুপা মুপীনা তীম্লবদি লৈরিবা মশা মশাগী থাক্তু খর অত্তুক ব্রাংথৎনবনি। অকাইবা মরী, ছক্তবা লমচৎ থমনদে হায়বা য়াই। নুংঙাই য়াইফবা, ক্ষমনাইবা, য়াইতোং কম্নদোং-বতনা মখা থাবী মুপীবু করিসু লৈতনা শাম্নপোৎকুম খনবনি। থবক কম্না সুত্তুনা শেন লেম্না ফংদবা মীদি য়াম্না ফগল্লি। অঙাং অনিসিগী মপাদো তলবসু, শেল অরেম অপাসু ফনা য়াম্না ফংলিবনি। অত্তুবু নোংমতসু মচা অনিসিগী করিগুম্বা অমা লৈরকপা লৈতে হন্না য়েংলবা লৈতে। মসিদবু মখোয়বু চাওথৎপা মী কৌশিরা। আইনগী মতেং লৌগদবসু লাইরিক হৈতবীনি হায়ত্তুনা কয়াদা পঙথহল্লিবা। পোকপ-দগি শিংলিসিদা মীতৈ মুপীগী লিংজেন অমসু য়াওরকপনিনা হায়জ-রুবা হৌনদে হায়ত্তুনা লৈখোকলেদো।

মতমসিগী পৈশা মচঙ অসিদা লাইরিক তম্বা, অমুক তম্বা লোইরগসু থবক ইনখাংদা পৈশা। লুহোং খোংদোংবদসু পৈশা পঞ্জাউ ময়ামসিগী খল্লুবদা গাড়ী যণনা অত্তুম্মক পোৎলুম পুবা হায়বদো

শোয়দ্রেকো খল্লবদা খর কল্লক্তনা খর শাংনা হোল্লকই । হস্থনা য়েংখরুবদদি লাইরিক কম্না পারখা মচা অনি অত্থু ফক্তা তুমহনা লৈবা উরম্মী । অনিমক পোমফী মরক্তদা শুমহনা থমবীরে । অত্থুগা চাক লোইশিন্নবা খোংলম্মী । লোইবগা মচা অনিত্থু হৌদোক্তনা লৈত-লৈন্ত খোংজবত্থু চাত্থুনা তুম্নবা হোৎনরে । খবক্তুগা চারিবা চিঙ্গাক্তুগা অমুক চাংদম্নরুবদা মাবু কয়াম কুইনা হীংখিগদগে খল্লকই । অমুকস্থু নীংশিংলকই অস্থুন্না থবক শুবা মুপীশিংসে লায়না অরু-অরুবা নাগল্লি । মতমচানা য়েংদবা হীদাক ফজনা চাদবনা অয়াম্বনা শিগল্লি । মহাক শিগ্রবদি অনিসি কনানা য়েংবীগনি । কনাস্থু লৈতবা অঙাং হায়বত্থু ওইহৌরনিদো । অস্থুন্না ফৎত-ফৎতবা ঙাক্তা খন্দুনা লৈমা তুম্বা ম্বারমদে । অত্থুবু অরা-অনা অমত্তা য়াওদনা ইশি শিনা তুমলিবা মচা অনিত্থুবু মুম্না য়েংলগা শিবা য়াদ্রি ইচা চাউদ্রি হায়ত্থুনা মশাদো থংকন কনবগুম ভৌই । কোকশেৎ কম্না শেৎতুনা খাংচেৎ কম্না লাক্তনা ইচা অনিসিদংদি মী ওইহনগেকো নীংজখি । ভাইবংশেম্বা মপুন্দস্থু পুম্নমক তেক্ত-কায়দনা মী ওইজনবা মমীৎ উইশিন্দুনা নিজে । অত্থুগা তপ্না তপ্না খোক্লক্তনা মাঙ্গোলগী উখোকভেন্দা ঙাথত্থুনা লেম্মী । খাবল ফবা তরু-তরুবা অতিয়াত্থু উরুরগদি হৌখিবা রারী অমা নীংশিং-লকপগুম ভৌই । অত্থুবু মতোমতা নোকই অতিয়াদা পাইরিবা নাইতোম ভাবা অহীংগী চেক্লাত্থু য়েংলগা ।

---

# নঙনা য়েংনিংলিবসি পিরাংতরা

**লেনিন**

কোক কোক লাউবা মখোলচুদা মীকপ থোক্লকখি । নোঙ পুমঙান ঙানদ্রি, অমম অঙান শিন্নবা মতম্নি । খোঞ্জেলচু মাঙলোমদগী ওইনা তাবগুম তৌই । মরক্তুদা লোইনরকই কনাগুম্বী অমগী থম্মোয় শোক্লা কপ্পগী তেংথাখোল মুংশিংনা ইপোম নাইনা পুরকপা মীকপখোলচুদা পুক্লিং চিংশীল্লুই, মথানুংদগী মুনবীগ্রবা মচাবু কৌবগী থম্মোয় ফুকঙম্বা খোঞ্জেন্নি । বীনাগী মচানুপা বোবোচু অনাবা হেঞ্জিল্লি হায়বনি । থম্মোয় অসিদা খঙহৌদনা চৈনা ফাওরকই । নিংশাম্বর অমতং শাংনা হোন্দোকখি । মাসু মিৎকপ থোক্তুনা লৈরম্মাল্লে, শোল্লকই বোবো ওইরামাল্লে, মুংঙাইতেদা ...... । তুম্নীংলম্বনি, লৈজবী খোঞ্জেল থাচুনা লাউনীংখি নখোয় ময়াম্না হাক্তোকপীবনি । বল্লক পেল্লরিনি হৌজিক্তী । অত্তবু করি কান্নরিবা, অসি অচঙ ঙমথৈ লানথ্রবা বোবোচু হুল্লকদবসু লৈত্রবদা মপোকসিমগী মচাবু কৌচুনা কপ্পগী খোঞ্জেলশিংদি সুম তাচুনা লৈরি । মুংঙাইবা মশক খঙজরক্তুবীনি ।

হৌমিন কামিন্নরকপা ওইবনা বিনাচু ঐগদি কোইনদবনি । মুপাগুম লাক্ল-ফান পামজবী ওইবনা মমান্নবীশিংগা তিন্নববুদি ঐগা শান্নমীন্নবনা হেন্না খোয়দাজখিবনি । মতুনা অঙাঙ ওইরিঙৈগী রানি । পুংকক চাউরকঙৈ মাদি ফিশা লোনশাচুনা মমাগী মতেং পাংবা হৌখ্রে । নোংমা নোংমগী মপুঙ ফারক্লিবা মাগী হকচাং কয়াৎশিংচুনা মহৌশাগী মাগী ইকোই কোইদবী মতৌচু থাদোকহনখ্রে । ঐসু মনাক নক্লুব্রে । মরক মরক্লা থেংনবদা ইচম চম্বা রাহৈ অমা অনি হংনবা হায়নবা নত্তনা, নোংমকাদোক অঙাং ওইরিঙৈগী থৎনখিবগী শান্নখিবগী

ফাগী ওইনা হায়নরুবা নত্তনা, মানা করম লেল্লী ঐ খঙখিদ্রে । ঐনা ডাক্তর তম্বা চৎলমদাই লৈশাবী মপুগু ফাহৌরে ।

নোংমা ইথা থাজদনা ইচলনা চিঠি ইরকপদা বিনা লুহোংখরে হায়না য়াওরকই, থিকাদার অমদনী হায় । নুমিত্তুদা শংশংনা উরকখি বিনাদো মশক য়াম্না ফজবিমক থোক্তুবসু রাশিদি মরৈজবনি, কুচু মুদং তৌজরবসু মতৌমদি লৈজবনি । খিত্তং নোয়তক শাবান যজবীমক থোক্তুবসু য়েংবদদি মীৎ পেনবীনি । নিংশিংলকই, মপুগু ফারবা মাগী ফিভমদুনা নোংফাদোক মায়োক্লনা য়েংনবদা মমায় ঙাওখিবহু ।

ডাক্তর ওইনা ঐনা য়ুমদা থোক্লকপা মতুং ইকুই কুইদনা বিনা মপামদা হল্লকখি । মচান্নুপা অমসু চেল্লকখি । মাসু ময়ুমদগী মপান থোকখিদ্রে, ফিশাকোল মখোলতুনা মাবু হেক হেক নিংশিংহনবা নত্তনা চৎলুগদবসু হৈনদহুনা চংলুদ্রে । পোৎপাংসু পীহৌদ্রে হায়দুনা লৈবী-রকপা মচাগী শাম্নপোৎ এরোপ্লেন মচাহুসু পীরুবা মওং ইচা চাদদুনা উপু কাচিন্দা তাহুনা লৈবু লৈরমগনি । কাউক্লরবনি হৌজিক্কা নিংশিংলকই ।

ঙাইঙমদবি ইমানা মমৌগী মশক য়েংনিংবনা শিগদোরে হায়দুনা খারৌ লাইরৌ চেন্দুনা য়ুম য়োফাত্তিবৈঙে ৱা লোইনরম্নে । ইমাবু নীংবা থংনবা ইহৈ হৈনিংদনা লুহোংখি । সুক থনা মাবু সুক য়াম্না মুংশিরুনি খল্লদে, মাসু মপান থোক্না নুংঙাইজখি । খজিক্কং থেংবদা মীহুৎথোঙ ময়াদ ফমদুনা ঙাইরমগনি । শিনফম্না য়াদহুনা থেঙলকপদা মীহুৎথোংদা ঙাথ ডুইরম্বসু কোঙ্গাইনি । অহিং হৌগত্তনা তনাবা অথু অকাই চৎপসিমদি মাদি পামজদবনি, মতম্নাগা ফত্তবগা, অহুগীসু মথক্কা অচৌ অশাংগী ইমুংদগী চাওরকপনিনা মীগী তবা অনা কয়া উগন্দে । মসি মঙাইরে ঐনা মঙোন্দ পেন্দ্রীবা, সিসু খুম্লাইসিগী চৎনবীননি ।

কুইরবৈ তুংদা বিনাখোয়দা চৎলুবহু বোবো নারে হায়বগী কৌবদৈ চৎলুবনি । বিনা মহৌশা নৎলমদ্রে, য়াম্না হোংলম্নে, নোকঘদা

থাম্বা ঙমদবীহু অসুক চীং লেম্লবা। ঐনা হংলুবনি মুংঙাইরিদনা। করিসু খুম্নক্তে, থজিক নোক্লকপা নত্তনা অতুবু খিত্তংহু নোকুবা তোংনবদা মানা কয়াদা বানা হোংনখিবা অহোইনতুম মীৎলুহুদা পিরাং ইহৌ-রকখিবা মাল্লে। বোবোহু চুম্না সুম মশা ঙমদবা ওইরমদ্রে, পোক-পদগী য়াওরক্লবা থম্মোইগী লাইনা অমনা নাবা ওইরয়ে। চিফেৎ চিফেৎ নাগম্বা, অচৌবা লাইয়েংশঙ অমদা থ্‌না ওপরেসন তৌহৌদ্রবদি খুদোংথিনিংঙাইনি। অতুবু মহু বিনাদদি হায়দোকখিদে হিদাক লাংথক থরদং লৈজনবকাওবা শেল মরাং কাইতদ্রবা মঙোন্দা হায়রুবগী অর্থ লৈতে। হায়রুরগা অহোইনতুম মথবাই মুংঙাইহল্লোই।

হিদাক লাংথক অমৈবা পীরম্মী, করিগুমবা ঐঙোন্দা লৈতবসু লৈতুনা পীরম্মী। অহানবদদি লৌ হায়বা য়ারমদে অতুবু ঐনা অরেম্বনি কম্পনিনা পীবা সেমপলনি হায়রকান্দদা লৌহৌই। বোবোহু য়াম্না শিংবা অঙাংনি মশা থর হেক ঙম্বগা লাক্ল ফানা ঙমপোৎ নৎতে। ঐনা লুনা তৌবতুদা ইনাক্তসু হেক লাকই। হন্দক মচানা মশা থরা খিংনা লৈবহু উরগা বিনাসু অবা অনা থরা কাওবগুম তৌই। মশম মনা নাম্না হাৎতুনা মায়থোং মকা লাম্না লৈবগুম উই। হিংনিংবগী ইথিল অমা ফাওরক্লবগুম উরে।

নোংমদি বোবোহু অমুক মশা ঙমদতুনা লৈবদগী য়ুমদা চঙলুরগা অমুক লাকপা তল্লি, লমবীগা ওইবতুদা অয়ুক্তা বিনাখোয়গী ইন্দোমচানা হায়রম্বতুদা বিনাখোয়দা চঙলুবনি। থর খিত্তং থেঙদোকপ্রে। য়ুম য়ৌবদদি মিহুৎথোং ময়াদা ফম্লমবদি লাইরতুনা ফম্মুংদা ফম্লগা মচিন্দু উতুপমুক চাউরতুনা পৈতুনা লৈরম্মী। বা ঙাঙলক্তবতুদা ঐনা মনাক্তা কমথৈ।

— কৈদোরে নশা ঙমত্রবরো ?

— হংবিরকসু ঐখোয়বু থৌওইবিপোৎ নত্তে।

— হৈ কৈদোরে মসিনা ঙাঙলিসিবু অঙাওবীদৌনা।

— হো অঙাওবীনে ঐখোয়দি, থায়নগী বিনাদি শকসু ফজবী-নিদো।

— নঙমক্লফাও।

ঐনা শাউনিংহুনা অচুম অরান খওদনা লাউহৎখি । মীগী মচিন্দগী নিনফ্ং নিনফ্ং ঙাওনবা ঐস্মু হান্ননা তারবনি । অদুবু মখদাং চোক্লগা তোকচখিনি খন্দুনা থোইনা থৌশারুদবনি । খ্বাইদগী নক্লা থমজবী মামরুফাও ঐবু চিংনরম্বসি ঐ পুক্কিং খরদি মুংশি শাউবা নেমথগ্রবতুং মাবু থেমজিনবিখি । মাস্মু ইথাদা য়াম্না কপখি, কপ্পা রারহুনা পোথা-রবা কান্দা তপ্পা হায়রকখি, চুম্নবস্মু চুমদ্রবস্মু ময়াম্না ঙাংনরিবশে ঐখোয় মীংচৎ থিবা নত্রো ?

ওন্থোকপা খুম্নাই হায়বদু ওইরে, হে খুম্নাই অশেংবা থম্মোইবু নওনা অশুক উনিংদ্রিবা খওনিংদ্রিবসি করিগীনো ? মশাগী অচুম্বা মচু অশেংবা পাউদম অসিবু খজিক্তং থৈদোক্ত্রবদি য়েংবা হৈতবসিবু করিগীনো ? নওনা খ্বাইদগী য়েংনিংবসিবু পীরাংলা থম্মোই কাম্বরবা কায়রবি কয়াদুগী মীৎলুদগী থিংওমদনা শীন্থরক্লিবা ? উপাই লৈজদ্রবা লৈজদ্রবীশিংগী মীকপ মীরাউখোন্দুরা ?

হে খুম্নাই, ঐস্মু নওগী পেম্নবা হোৎনবদা লাল্লি খওলবা থবক অদুমক তৌবা তাখি, নওগী অখাবা মীৎয়েং কিবনা ঐ বোবোগী অনাবা য়েংদবা তাখি । ঐগীদমক য়েংহুনা বিনাস্মু মচাগী অনাবা কাউথোক্না ঐতোন্দা হায়খি, অমুক লাকপিরস্মু । করিগুমবা খরস্মু হায়নিংবগুম তৌখি, অদুবু মখা তারদি ডমখিদে । তাগদোৎবগী তাইদুনা লৈয়মবা পি মরিক অনিদু ঐবু উহন্দনবা লাক্লখি । চিমবাল অনিদু নোক্লিংদনা নো-ক্লবা হোৎনরম্নগা তনিক তনিক্লা লৈগ্রবদা মখা চিক্ত্না খাঙজবা তাখি । ঐস্মু বোবোগী অনাবদুগী মরমদা শুগাইনা তাল্লম্নগা অহৈবা স্পিসি-য়েলিষ্ট অমদা য়েংহন্নবা হায়খি, তিওক তিওক য়েংলীবা বোবোগী মকোক্তা অরোইবা ওইনা নানবীরম্মী ।

—বোবো নও নাবা ফরনিকো ।

বিনাদু কপহৌই হায়বা ঐ খওই অদু হন্না য়েংলমদনা ঐ অদুম থোরক্লে ।

ঐনা হোস্পিতাল চৎপদা মোংফমদা অপিকপা মৈথু মচা অমা থেক্লা খোয়না নোংমদোল ভম্না কারম্মী মীৎসিনা শংশংনা উরকই, মুমিত্তুদা মোমোন নোক্লা লৈহৌবা বোবোগী শক্তম, ভাইফেৎ ভাইরবা মাইথোং স্বর চনিং চমাং শম্মদ্রবা, নাত্তোন নাকচিদা কারকপা হুমাং মরিক। ইমীৎ অনিসি চেজেৎ ভমুক্তং উইশিল্লুই। হাম্না ইগৌত্বনা লৈরমবা পিরিকশিংনা চেন্থরকই ভপ্না।

# হয়েংদি চৈরাওবনি

জগনাজিৎ খুমনচা

হয়েংদি চৈরাওবনি । অনৌবা চহী হৌরকপগী লাইনিংথৌদা য়াইফ নুঙাই থৌনিজগদৌরিবনি । ঐগী লাইনিং হায়ববু মাবু শোয়দা ঙামদা য়ুমদদি হল্লকহনবিরকপা অসিতনি ।

ঙসিগী নুমিৎসিমক্তদনি থম্মোইদা কাউঙমদবা চৈনা অমা পীখি-বত্থু । ফক্লাংদা থেৎলিবা মোমোন তৌবা মাগী ফোটো।সিনা ঐবু নিন্দা তৌই হায়বদি খঙই । অত্থুক নুংশিনা লোয়নজরম্বা, ঙসিগী ফিভমসি ওইরক্কনি থাজরুদে ।

ইনেম ইকুনা মথন্তা পোকচরবস্নু মাগী দমক থম্বীরমবা খরত্থুনা রাৎতা-পাদবা ইমুং হায়বত্থুদি ওইরমদে । পুন্সিদা নুঙাই য়াইফবা হায়বত্থু অমুক্তং ওইগে খম্না পুকচেল খোইজেল তিম্মনা মা ঐ হোৎ-নমিন্নরকখি । শুজ নোমজবা পুমবা মমায় চুম্নু বনরা তপ্না-তপ্না রাৎত পাদবা হায়বত্থু ওইরকই । অত্থুবু পেনবা লৈত্রবা মীওইবনি । হেন্নত্থুম মীথোই মীহেম্নিংলুই । নোংদম্বনদি তন্নমত্রে । নুঙাই য়াইফবা হায়-বত্থুগী মমি খজিক ফংনবগৈ করম্বা অথোই নাপল কারুবনা অসি য়েৌনা মাঙ তাকখিবনো খঙহৌদে । মীওইবনা মাঙ তাক্লমদাই বুধি লৌশিং মাঙলকই হায়নবত্থুমক মঙোন্দস্নু থোকখি । ইচম চম্না লল্লোন ইতিক তৌরম্বা মানা হেন্না শেন্দোং লৈবা ফত্রে খঙলবা কার-বারত্থু তৌরুবদৈনি ইরল ইথুম পুম্বা মাঙ তাকখিবত্থু । করিগুম্বা মানা ঐগী রাত্থু খরদা তাবিরম্লবা ঙসি তারিবা দশাশি তারম্লোই । অসি য়েৌনা রারক্লবদা ইতেং পাংবিনবা কনাম্নু লৈতে । য়েংলু য়েংলুবদ অরাৎপগী অরাৎপামত্তা । রায় হায়ত্থুনা চাদ ৎক্তবদি য়ারক্তে । মাস্নু

শেল থোক্তৃবনিনা ঐনা ফিশা লোনশা তৌদুনা কংলিবা থরতুনা ইমুংগী অকুপ অতাদা ওইরসু ডয়বা হোৎনরি। মাসু ইতৌদু য়েংশুদবনরা মপুক্কিং মুংশিবনরা মাতোমদগী শেল পুরুতুনা থবক চৎপা হৌখি। মহৌ-শাদি মোরে চৎলম্বনি, ঐনসু য়াদবদগী ক্লিবিদা কা মনা ললোল্ল। মীওইবগী দশানা তাপে য়াওনা তারিউ থবক অমত্তা মহৈ চাদে। ইমুংগী অবাৎ অপা মেনথৎপনে, শেৎতা চাদা য়াদবনা খরা শেৎখি চাখি। মমৈদদি শেন্দোই শেল্লেপকাও লোইশিনখি। শিংবা শুমত্রবা মীগী মরলনা মুমীৎ চুপ্পগী মশা লৈথোক্কবা ডাওবা মুপা হায়বতু ওইখি। ঐসু মাগী হাকন্দা মীগী খোম্নী চাখীবনি। হৌজিক্তী কৈসু লৈতবা অমগীসু পঙথৎ খৎনা পঙলাক্ত লাউনা কৈরোই লৈকাইগী মীশিংনা ঐখোয়গী ইতৌদা নোক্কবসু কোলাইনি। মুংশিবীবদি য়াওবা নত্তে। লৈতা লাইরা থিদনা মুংশি চায়না মহৌশাগুম ঈংনা চিক্কা পানবা ইমুংতু নত্রে।

মাসু মীগী মরলসিং শিংনবদি হোৎনৈ। অতুম ওইনমক মহৌ-শাগা মায়দবা করিগুম্বা থরদি খল্লি হায়বা ঐসু খঙই। মতুমক্তা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিনি হায়বদি থাজরুদে।

অয়ুক য়েনখোং অহানবদগী হৌগৎতুনা চৎপা মখৈ চৎলুরগা মী লৈরম্লরোই হায়কান্দনি হঙ্গিল্লকইবা। মাঙ্গোল হেক কাখৎপগা পীক্লিবা থেম্বুংবু পমখত্তুনা মচিন্দা ডাওখিবশিংতু করি হায়খিবনো পুক্কিং চঙনা তাশিল্লুদে। অপাম্লনা হায়রত্রবসু থেম্বুংদা হংলিবতু ঐবুনি হায়বা খঙই।

—ও, হয়েং চৈরাওবনি, খঙবিত্রবরো? মুমীৎফাও খঙজিল্লক্তে, খরা লৈরদি ডাওতুনা চৎচখিনি। ঙসিদি থোঙতেক মীৎতাং গুরে লাক্লম্লিবা। তাদা থোঙনেমগী মচামুপাতুনা হয়েংগী মুমীৎতা শেল শিং-ত্রবদি নাইত্ত চারোই, অতু অদা য়াম-ডাও শক্লমবনি।

খিৎসু হাকমললবনি। মুমিৎ চুপ্পগী য়ুমগী মথাদা ডাইহাক্তা লৈতুনা

করি ৱাংলি কৈদৌশিংগে তান্নবস্থ নত্তে, য়ুম্বানবসিবু ফাগীরো ?

— করিনো ঙাঙলীবত্বুবো ? ঐস্থ কৈদৌশিংগে খল্লিবনি । ঙাওশি-মত্বুনা কোয়ংৎ চংপদি নত্তে হায়বা । নচিন্দু থৌগন্থ নঙনা ইশৌ লাংমনবদগী অয়ামবা ৱারিবনি ।

— শিবু ইশৌ লাংলিব্রো ? ঙন্নী ঙান্নাইস্থ খঙদে খাগ্রিবা মুমীৎ-সিনা মুংশিৎমুক কুংই । নবুকচেলত্বু শেংলদি মীনস্থ থাজগদবা, মুংশিবি-গদবা । অত্বুদি নত্তে. হয়েং লৈরিবৈ ইমুংসি চাওখৎপদি ঙম্নরোই ।

— নঙগীসি ঐবু উশিল্লেনে ।

— ঐদি হায়জরিসিনি, ফত্তে হায়গে হায়য়ু । ওইদা পরেংনা মুপা মান্দবগী থৌদৌদো চান্নদ্রে মতমসিগা, খরদি খনবীয়ু ।

খরা খরদগী ৱা য়াম্নরকখি, মৈরিকপীদগী মৈজাওবী ওইখিত্বুনা চিন্দা পাউদানবদগী হেন্দোক্লুনা খুৎ য়াঙনরকই । মাগী ঙাঙলবা মীৎ-তুনা চাগদবগুম য়েংলগা খঙহৌদনা মখুত্তু মায় মীৎ মথোঙ খঙদনা ফুরকখি । পেনবা নাইদ্রবা মখুত্তুনা হঞ্জিন হঞ্জিন ফুরকখিবত্বু চৈনা খাঙবা ঙমখিদে ।

— ঐ লানজরে, মতুংদি কবিমত্তা ঙাঙজররোই ।

মহৌশাদি ঐনা ঙাঙ শকপশে কয়া শাওগন্দবনি । অত্বুবু খন্থ-হৌদ্রবা করম্বা ৱাহৈনা মাগী মফমদা ইরাল লঙজখিবনো খঙদে । শাউগন্দবা মীনা শাউদোরকপা অকিবগী মশক্তি হায়নবা মাগী মফমদস্থ ওইরম্লে । মুমিৎ চুপ্পত্বু কপ্পা কপ্পা ৱাখলগী ঈপাক্তা ঈরাক্লখি । ইথৌ পুম্বা নীংশিংদা মা হঞ্জিল্লকপগী খোঙথাঙ মখোন তানবা হোৎনরিবৈ মুমিদাং চুপ্পা তুমথবা য়াখিদে ।

য়ুম্বাল্লবী মুপীনা মপুরোইবা য়াওদনা কল্লক-মীহৌ চাউবা সমাজ-লক্তা হিংবা অরায়বা নত্তে । খোঙথাং খজিক শোয়খ্রিবা মীৎকুপ্তা পুন্সিসে লৈখা তাগদোরিবনি । মুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু ঙাক্লবা থম্মোই

খুত্তম চন্না ইপুরোইববু ভাইবং মপুমক্কী থঙ্গুরিবনি । মসিমক্কা ইত্তিক ইগুন লৈবীনি খন্না অথোই নাপল কাকুবস্থু ইত্তিক ইপা নত্তে । লৈক্কাইগী ইচে ইনেম, ইবুং ইপ৷াশিংগী মপাল তাংনা ইংনা চিক্কা হিংজবা ঙম্মিবসি লাইবক ফবনি । মসিদৈ হেনবা করিনো অমা হায়য়ু হাম্নরগদি উপাই অমা তৌহুনা মাবু য়ুমসিদদি য়োহনবীরকপনি । ঙসিদি হল্লকনি মখল্লুই পুক্লিংসিনা । ঐস্থু থিবা য়াবা থিজখি, হংবা য়াবা হংলি । কনামত্তনস্থ খঙই কৌবা হ.য়বিরকখিদে । হাঞ্জিনলরোই হায়বমক চান্নলা লেপথ্রবরা নত্রগ৷ মীগী তো'ল্লবা মরলশিং অসিবু শিংবা ঙম্নবা কনা খঙদা উদবা মফমদা শেল তান্দুনা লৈথ্রবরা ? চিংনবা অমত্তংদি লৈ, কনাগুম্বী অমগা পান্নহুনা লৈগ্রজাৎলা ? অস্থুন্না হেক খহুরুরগনা থম্মোইসে পুঙমদে৷ হৌথ্রবা থোদোকশিংবু নীংশিংবদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই । মসিনা পুক্ষদা খুরৌ থাংহুনা লৈতাহন্দে । অমরোমদা লুরিবদি ইচাশিং অসিগীস্থুনি ।

থোঙ্গালদ৷ ওত্তো রিক্সো অমা থৌজিল্লকই । থম্মোইসে মথ.ম মরাং হৌই । থবক শুরুবগী ফারবা শম্নাং শেমজিল্লগা মাবু ওক্লবা হোৎ-নজক্কই । অহুবু মহাক ওইরমদ্রে । শকখঙদবা মুপামচা অমা ইনাক তন্না চুমদ্রিং চত্তশিল্লকই, অহুগা

— ভা কোন্দুমগী ইতৈমা ওইবীরব্রা ?

—অহোয়, মানি ইবুংঙো, করি ?

—তা কোন্দুয়া চিঠীগা পৈশাগসি পীরকপনি । ঐস্থ থোরকপগা হকচাং ঙমদহনা হপ্তামুকসি লৈরুরে । তাদনদি হেক য়োবগা পীনবা হায়-রকপনি । ইতৈমা ৱারৌবীবা য়াদেকো ।

মুপামচাহুদা করি পাউখুম পীখিবা ঐ খঙদ্রে । ঐবু নীংশিংবীরি খল্ল.বদা ইশা পুম্বা হরাও তয়ামবতনা থ.মহৎখিহুনা মীৎলু অনিদা থামজিনবীনবা য়াঙদ্রবা পিরিকশিংনা মনিং তম্না চেন্থরম্নে ।

ভাব তারকই, মুপাম্মচাহুম্না চৎখিরয়ে। খোরজনা ঐতোঙ্গা চৎলগে তারুমগনি। ওঙ্গোকপা হায়হুদি ঐসে, ঐবু কিরিনি খরুমগনি। কৈয়াকুং কমহন্দুনা হৌংনিংবা অমত্তম্না হৌংহোদে। হৌজিক্তা ইজোম হংজরকই ; মকম কদাইদা কনাগা করম্না লৈরিবা অম্বুক কুইবসে মরা মপাউ অমত্তা তাহন্দবনিনে। কৈ হন্দ হন্নকখিসম্না ইমায়্সি লোৎশিন্দুনা পেম্না কপথোকে।

খুৎতা চিঠিগা পৈশাগা লেঙদনা য়াওরি। দারী মচীদা তপ্পা কমথরে, চিঠীহু হাংদোকলে।

> নঙ ঐবু শোয়দনা রারোৗরমগনি। নঙবু রাহৌরসম্না খন্দুনা য়ুম থাদোকপদি নত্তে। কাউদ্রি, চৈরাওবা নোংমা রাৎলি-কৈদনি ঐনা নঙবু থাদোক্লমঙ্গুনা মফমসিদা লাকখিবসি। নঙ অরা অনা কয়া মাইয়োক্লরমগনি। ঐ ইকায়মনবদগী চেনবনি। রারবম্না রানা মুমীৎ তরানীমুক্তংদি খাঙলমখো। ঐনা লাকপগা মীগী শেন্দোন পুম্বা শিংদোকনি। চৈরাওবা কুইদ্রে-দনা, কুমসিদি ঐ লাইনিংথৌদা ঙমজবা থরদং কৎকে খল্লী। লোইরগে।

মীৎসিদা অনৌবা পিগী ঈনোৎ কারকই। চেম্ববা হৌরকই তপ্পা তপ্পা। মা শোয়দনা নীংশিংলমগনি, হয়েংদি চৈরাওবনি।

---

# লৈমিক্লৌবকা

কশালাজিৎ খুমন্থা

পুলিসে অমুক্তং লৈতানা এহিংবা কংলথদি পোকপে থহে স্বারম-গনি। সমাজগী চৎনা থোক্তথাং কাইরকহুনা ইয়াল কংলনি নিংঙমদবা রারৌবা লৈরম্মোই। বারৌমিদি তৌক তৌকবা মাথবিবতা ওইরবা ইৎথৌসিল কলক পেরবিবা মথোয়সুর্কুনি।

ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংনা, লাইরথগা ভাই শেল ওইনিংদে। ইনেথোক্ত মীত্তা লুই পঙনা ভাঙথোক্তবা বানা অমুক অমুক ভাঙথো-রকপহু থম্মোয় শোকপা য়া মক্তনি। করি লৈবাবু থাথিবনো ইপু-রোম্বত্ত ওঙ্খোক্লা থ্ুনা মপুক্লিং ওনথি। অওং অউন তম লুহোংহুনা লৌবা নত্তে পাঙথোকপী। মা ঐ মুংশি চায়হুনা লৌনা লৈনবর্মুদি মীরাইবীরে। ঐত্তনা রাখল থেনবী ভাহুনা ইকাই কিকক খুম থাঙগে য়াওনা থাঙবনি। করি মুঙগী য়ুম পাঞ্জরুবনো হায়বা য়ৌথি।

সমাজগী চৎনবি পল ওথোক্লসু কল্লি। লাই-ভিন থাহুনা অক্তল লমম্মা লৌথৎত্রৌবনা ইপামদা চঙবা য়াথিদে। অহুবু হৌজিক্তী চৎনবী পুম্বা নাথৈরম্লে। বাজিহু অনাবা হেঞ্জিল্লী হায়বদগী চঙদবা য়াদবনিনা চঙলমই। ঐনা য়ুম পানথৈ লাইরবগী চৈথেংনে ইনেম ওইগদৌ-রিবীগী অথিবা বাঙাঙদগী চোম্মা ইকাইবা নংথিবনে মহুমক্তনা লাইমন ওই থম্মোয় লায়নানা নারম্লে।

ভিজমবা মীয়ামহু উবদা ঐ ইথক থকংলি। মথ্ায় শোক্ল কপ্পীবা ইমাগী মীকপ্ু ভাবদা তুজুংথি। ফুনগৎলবপা থরনা মীহৎ কাঙলকই। পারংথিবনা কাথাবা ঙমদা নিক্লীবা হকচাংহু মালেম্মা মিক্লিবনি থল্লুরে। থবাই য়াওহবা বাজিগী হকচাংবু চেংনা কোনশিনৈ। মথোঙ পাইহুনা ইয়াল পুমবা কোক্লবা পূকমেন পাওমেমজরম্মী।

কন শাওনবা পেন্সবা লৈরবস্তু অশি অনা থোকপদি চঙলকপা ফবুনি। অদুবু মথোয় কনা অমত্তস্তু য়াওরমদে । ইপুরোইবা মাস্তু হাকমক্তি, মরামদুগী মমাওদা ইকায়জবনা মায় থক্কম লৈতে । নোংমা নিনিবুং ইপামদা লৈরুববু হনখিবদা ইপুরোইবদি মপান্না মহৈ তম্বনি হায়না চংখিরম্মে । ইনেম্বোক্ত মশাগী অয়ান অহুইদি থ্ পচানরগা ঐবু ইরাল শিন্ডনা মীচৈ থীনা চৈ থাংলকই ।

—মুপীনা মনিং মথা তম্বদি চোপকেন্দনি। মমায়বু ওস্থোক্লা কন-থ্রেনে। খুমীৎ-খুনাওদগী হৌরকপা নওনস্তু লৈরিক ঐবু শিঙনরিয়ে। ইচামুপা অমত্তনি লমচং নাইদবীগী মরা মপুরোইবা ওইহুল্লিংদে আ নপামদা ননিং নথা ভৌক্ল। ওক্লে খারে লৈবিরস্তু মুমসিদা।

অসিদা নত্তে ওইদবা পাম্বৈনা ইপামদা হনখিনবা শিল্লকপা মায়-রোক্লনবা ঐগী থৌনা লৈরমদে, কনাগী স্তু মতেং ফঙলমদে। খাওঙমদ্রবা চৈথেং চৈনা কয়ানি ফংখিবা। শিববুদি কিরুদে, ইজ্জৎতুনি কিরিবা। ইশাগী ওইজবা খিতুনা ইপামদা লৈরখিবস্তু নত্তে। থা শুজিল্লক্লবা পীবুক্লংগী ইচানা তাইবং ফাওরক্লগ। মপান-মহৈ চারোইদ্রা চিংনজবনি।

মতমগী খোঙলৈনা লেপ্তনা চংখি। অশোয় অঙাম য়াওদা ইচা-মুপা অমদি ফংজরে। নোংদম্বা বিখিনা থিনস্তু তম্বীরম্লবা লাইবক্লি। মীরোল তাক্লিবা মোমোন নোকপা মায়থোংসিনা অর লৈচিল থাংলম্বা থম্মোইগী মৈচাক কোকহনবা ঙমই। অদুবু হয়েং চাউরক্লগদি মমা ঐবু মীরাইবিগদ্রা মীপাইজৈ। চাউবা শারেপ ফাতুনা লৌশিং মপুঙ ফারকপা ঙাইবদা তেল্লবা পুল্সিসে শাংখিবনা ঙাইঙমদে। অম রোমদা মগুগী মভৌবু উরগা পেঙখিতুনা ইনেমস্তু মপুক্লিং ওল্লবদি পুন্নমক য়াইকরনি।

অস্থক কুইবসে ঈ-পাউ করিমদা ফাওরমদে মহৈ তম্বনেনা চংখি-বহু মথা তমথনিংঙাই লৈয়স্লরোই। ককামচানা মহাক থোরক্লগা তংতাবা রাকম ভাঙননি ঙাইরিবনি। ইন্দোমচা থোইবী মবুক মপাউ

কৈ। মচা পোক্কবনা পেম্ন্নোকপদি ইঙম ঙমদে। অতুবু অরাবা শককমদি নোংমত্তা মায়থোংদা মম্নি ত্তাদে। ঐগী ইত্তৌদা মানত্নম হেক হেক পুক্নিং খোঁগৎপী। ইন্দোমচানদি তোলেনবু মচা শক্না য়োক-চনিংবনি। অতুবু ককামচাগী য়ানিংদবা মত্তৌত্নদা পাঙ্গল থোক্লমদে। মচা শক্না লৈমীন্নদ্রবস্নু মহৈ মশিং তম্বগী খরচ ফাওবা পুথোকপদগী হেন্দোক্না করিদা শোয়থিগদগে হায়রতুনা কুপ্না শেন্নরিবনি। মতমগী খৌশিল ওইথোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। তৌগেত্তা ঙম্বা মখোয়দি মীওইবগী হকপু লৈঙমই। অঙম্বশিংনা মপাগী মফমদা খুৎশিন্নখিবনী ইচাত্নু, লাইএক্না খৌরিবস্নু খুমহি চেন্দ্রবা ঈচেলগী লাইজস্নু সমুদ্রগী ঈপাক্ত তিনখিবদা অমত্তা ওইখি। থাজবা পুম্বা মাঙখ্রে। করেম্নফম ওইরবী ঐসে করিগীদমক হিংলি।

নোংমা ইন্দোমচানা হায়খিবশিংত্নু ঙসিদি তশেং তশেংলে। মতু মচা লৈরবা মুপাদা ময়ুম পানগনি পাম্নবিা অরায়বা মুপীদি ওইরোই। হেক থোরকপগনি মহাক্না মুপী অমা থিখিবত্নু। ইনেম্বোক্নী খুজিঙ্গ খৌরাং হৈ শিংই। মসিত্তা থোক্লবনি শিল্লবা। করিদি উপাই লৈ, অমুক হজিন্নবা ফংলরোইদবা মাগীদমক থম্মোই লাইমন ওইত্নুনা পুন্সি-সিবু কেমহনবদি ঐ পামদে।

নিঙোল চাক্কৌবনি। অতৈ অতৈ হরাও কুমহৈদগী মসিবুনা খ্বাইদগী পুক্নিং মুংশি। মুমীৎশিগী পুংজা খরদা হরাউ তয়াম্বা মরক্তা অরা মনা ত্তারবা কয়ানি চাংদম্নরুবা ঙম্লোই। ঙসি ইন্দোমচাগী তুংইন্দুনা চাক্কৌবা চৎলিবসি পুন্সিদা অহানবনি। ঐ পুক্নিং মুংশি, কপ্পীংবা পোকই। থোইদোক হেন্দোক্না ঙমজবা খুদোল খরনা নিঙোল ওইবিশিংগী তয়কপা মবুং-মপা, মমা-মপাশিংগী মুংশি চাম্নবা ঈচেলদা নৌহৌননা ঈরাক্নরিঙৈ ইন্দোমচানা কৌরকখি।

— থাবল্লে, নফি নরোল হোংদোক্নো ইবেম্মা থেঙথ্রনি হনবা। ইনেখোয়দস্ন কৈহাক্তদা চংলমখিসি।

প্রপ প্রপ লোইসিন্দুনা ইন্দোমচাগা থোকমিন্নরক্লে ।

চাউ শাংলবা মথক মথা শাবা শাটকী য়ুন্নী । অচমবা ইমুংদি ওইরম্লোই । মীয়াই চল্লবি নুপীহু ঐখোয় লাকনি খঙবগুম মাঙ্গোলদা ফমহুনা লৈরমই । চঙখিবদা ঐবু নুংশি চানবিবা মীৎয়েংনা য়েংলকখি । ঐ হুঙ্গৎনা য়েংঙমদে ইকাইনা লু লুকখজে । কা অমদা ইথম্তা কমহল্লম্মগা খংনবদা ইন্দোমচাগা রান্নি চিকথনখিবহু করি ঙাঙনরিবনো খঙদে । চৎলমদাইদা ইন্দোমচানা নোক্লহুনা হায়রম্মহুদি মরৌ লৈ ।

—নোংমা লাক্লগে ইনে ঐনা ফনবা শীনজনিদা ।

—শোয়দি শোয়নুকো । অা ইবেম্মসিদি নচা থোকপ্রা, মনাও নুপীরা মশক্লা মশক ফজরীবা ওস্লোক্লা ইং তপ্লমগনি । য়োরো য়োরো থেঙখ্রনি খোইবী ইনে খিন্দোক্লরোই ।

মঙলা তাইবংলা ভাব তাদে, মরকসিদা রা অমদি লৈরে । খঙনিংবনদি লাংতক্লে ইন্দোমচাদা হংবদি হংখিদ্রে । অদুবু নোংমা ইন্দোমচানা শেংদোক্লে । ইন্দোমচাগী খুজিল থৌরাংদা চৎকদ্রা চৎলোইদ্রা হায়বদি খনফম খঙদে । তথক তথক্লবা থম্লোইনা পাউ-খুমদি পীখি ।

—ইন্দোমচা ঐ য়ুম পাম্লিংদে । মায়খিবা ফংলবা লানফমহুদা থৌনা ফবি শাহুনা অমুক চঙলুবা মাম পাক্লনি থাজদ্রে । হেন্নহুম সমাজসিনা তুকৎচনা লৌরোইদ্রনে ?

—সমাজনা নঙগীদমক কৈদোবীরগদগে ? হৌখিবা থৌদোকশিং নীংশিংদ্রবরো নংবো ?

—নিংশিংলি কিরিবস্লু মহুনি ।

—হল্লকপি ওইহুনা মীগী মীহু চঙবমখৈ লৈবনা করি তোংজ-রিবা ? য়ুম পানবা হায়বসিস্লু তৌনদবা থৌরো, নুপা লৈনা লৈনা লমচৎ নাইদবী ওহরুবদি নত্তেদনা । হৌজিক্তি নংগীস্লু হক লৈ । মখোয়তনা মীরো । নঙগী ফত্তনবা

শিল্লোই, থল্ল্ থল্ল্ অকবা তানজা হায়বসি নাম্বোকহনফদে ।

ইমাস্থ ৱাফমত্থ য়ানিংখি। হিংলিঙৈ মতমসিদা তং তাবা য়ুম্বাল অমা ঐগী ওইহৌবত্থ। তৌববুদি ইচা ফাওবনা মমা ওইবীগী হক ফংহনন্দ্রীবী, ঐবু লৎনৱিবা মতুগী থল্ল্মদি ইনিং ইথা তম্বা ৱারবনি। তোলেনগীদমক য়েংতুনা পুন্নমক ফাথনা থাঙলিবনি। ইন্দোমচা ইমা-খোয়না হায়মনবদগী ঐস্থ নৌহৌননা পুক্নিংগী ইচেল হোংখি।

মাগীস্থ অহানবা মুপীত্থ শিখিরম্লে। মা ঐগী য়ুম্বালসিনা ইনেম ইকুগী পামজবা মমৌ ফংবগী হরাউ তম্বামজবনি। কায়না মৈশানা লৈতারমত্রবা মাগী ৱাখলত্থ ঐগী মক্তবা পুক্নিংনা অপেনবা ফংহল্লি। মমা কায়নবগী তুশোন মানশোম্নিরম্বী অঙাংত্থ মমা অমা ফংজরবদা মমায় মমীৎ পাঙজখি। মসিনা পুন্সিদা য়ুম্বানখিবা অহানবা তাংফম ওইরম্লবদি পম্বং তম্না চেন্থরিবা মুংশি চাম্নবা ঈচেলসে কয়াগী মতিক পেনজরম্মী। য়ুম্বানবগী পুংসি অসি ওইরে হায়বা হৌজিক্তদা ময়েক শেংলকই। ইঞ্জিনীয়ারগী মুপী মেম সাহেব মিংথোলদি ফংলে মসিনা মপান থোক্লা চাউথোক্তনা মীগী থম্মোইদি নাহল্লদে। মুঙাই য়াইফদি মপান নাইদ লাকখিনি অৱা অনাগী মৈচাক ইশানা হকথেংনখিবনি।

মুপীগী লমচৎ মুপাগী মরায়বক লাইমরুস্থ খঙঙমদে। মীওইবনদি কমদৌনা খঙলুনি। ইমা ইন্দোমচাখোয়নদি ঐবু মুঙাই য়াইফরে নোংমতা ইপামদা লাক্তে হায়না ৱারৌরি। মুপীনা মপাম তোয়না চৎপগী অশোয়বা ইশাদা থোকথ্রবনিনা পুক্নিংসিদা চৎতনবা লেপ্চখি। ইনেম ইকুনফাও নোংমা ফাদোক্তস্থ ইপামদা চৎলুনবা হায়বি।

কুইনা উনত্রে খন্দুনা নোংমা ইচানুপীগা লোইননা লাক্লমই। কৃষ্ণ জন্মা ওইবনা লমজাও শোরোক্ত মী য়াম্না তিল্লি। ইমাখোয় খাইবু উম্নরম্লগা, ইচানুপীস্থ হরাও কুমহৈ ঙাইহাক য়াওজনবা হল্লক্লে।

শোরোক্কী চিদাইদা মুপামচা থরা ফমহুনা য়া য়া লাওহুনা লম্বী চৎপী মুপীমচাশিং লক্করীবহুদা ভোলেনস্তু য়াওরি। ড্রাইভরবু কার থামহল্লী। কারদগী কুমথখিবদা লাওলম্বা পুম্বা চপ লেপ্তুনা ঐবু য়েংলকই। মথোয়গী মরক্কগী অমনা শোম্বাংননা ভোলেন্দা হায়খি।

— নহোয় ইমাহুনি।

মকসিল্লবা মাইথোংহু মমাম্নবশিংগী মমাঙদা ইকাই হুংশি য়াম্নরমই। ঐনা কৌবহু থুম্নকখিদে। থরনদি চৎলু হায়না ইঙ্গিৎ ভৌনবস্তু য়াওরি। হৈনিংদনা চওলক্কুনা হায়রকখি।

— ঐধু কৌব্রো করিগীনো ?

মাগী ৱাহুদা ঐ মথা ভানা হায়নিংবা হায়ঙমখিদে। মুম্না য়েংজহুনা মীৎলু পিরাং ঈহৌরকপা নত্তনা হায়ফম থঙখিদে। বেক্কগী লুপা চনিথক লৌথোক্কুনা পীখি।

— নমাম্নবশিংগা করিনো চামিম্নৌ ! সে লৌশিল্লু।

— য়ারেদা ঐগীস্তু য়াওরি।

অপোকপীমক ওইরস্তু মাগী মভৌহুনা ইকাইজে। মাইসে ইচপমুক ঙাওথৎলকই। নমহুনা মথুৎতা শিম্নবনি। পায়নিংদা পায়নিংদা পায়হৌবা মথুৎতগী লৈমায়দা নাম্থখি। হনগৎনা য়েংলুই মাগী মাইথোংহুনা ঐবু পুক্নৌ পাউরৌনা য়েংলমখি। পুঙমদ্রবা থম্মোইদা অমুক নৌহৌননা মৈচাক ফাওরকখি। ৱবিমহ্তা হায়রমদা ল্যাক্লে। চেল্লিবা গাড়ী মল্লুংদগী হম্না য়েংলুবনি। লৈমাইদা তারিবা পৈশাহু মমাম্নবা থরনা থুলহৌই। ঐ থঙই য়া য়া নোক্কুনা শাম্নহৌবা ৱারিহু ঐগী মরম শোয়দনা ওইরমগনি। ভোলেন্দৌ হম্নফাও য়েংলক্কে তুম্মিন লেপ্তুনা লৈহৌই। মীৎয়েংগী ৱাংমা লানখ্রে, ফিজিনা পি তৈথোকই।

# মমৈ পানবা মী

**-স্নামে স্লেক**

হয়েংদি নিঙোল চাকৌবনি, কৈথেলগীদমক ক্রক-ক্রক ইমরিবা গাড়িতুস্মু ইতোন ফাম্নবগা চপ মান্নরে খোঙ্গাল অনি সুবা য়াত্ত্রে থামলিবা . গাড়ি মমুংদস্মু ঙারি য়োনবশি ঙাই, অরেপ্পশিংতুনা মহেনলি । ইসাশে খিরুম খিরুম তৌবনি ঙরাংদগী, মীনিলদা ছুমাং ঙানথোকলে ইয়াংতুম য়াংলে, ফনতুম মুংঙাইরে।

গাড়ি ভরাদা মপুল-মপুল চিংথোক্তুনা পিনবস্মু য়াওরি উৎলগে মত্তাগুম, অচোইবা অরাং-অপা থিনদে । রারিতু অমনা লোইত্রিংঙৈ অমনা ওকখি, অমনা অমুক শমথখি । অত্তাই ওই, ছুমাং অনপ্পী কাতুনা শাউনবস্মু য়াওই ।

ঙসিদি পুন্নমক্কী মাইথোংদা অরাবগী মমিদি তাদে । মৌনহা অমনা লাউরকই, করিনো অহন চুন্না লেপ্প । অহন্দু ঙপলপনা, ইবেম্মা চিনবনিনা । মীয়ামতু পুল্লপ হায়নরিবতুদা য়েংনরকই । অহুবু থোশাদনা মখা তারকই,

— চুন্না লেপ্প হায়বনি ।

—অতুদি নপাগুম্বা ঐঙোন্দা নেৎপদি য়াবরা ।

—ময়াম রারৌবিবা য়াদে চম্ন-চম্নবা ।

ড্রাইভরনা শমদাইরকই । অমনা অমুক চনদে খঙলদি করিগী শনথি খুনলিবা, ভোৎ লেপ্পীগদৌরিবরা ওজাবো । ফুরিৎখাউদগী মথুং শৎতোকপা ফাওবা থামলেনে ।

অমনা লাউরকই গাড়ি খামবিরো খোঙনা হোৎনজরগে। অমনা অমুক খুন্নকই অতপ্পা পাবিরগা যণ গাড়িদা লেঙবিরো। ড্রাইভর ঙাওনরিবহু শাউদে নোকপা য়াওরি।

— ভরাদি লোইশিনলশি চিনবনিনা।

কনত্রেক্তর অচিনবহু ইনথায়হুনা লৌৎশিল্লকই। ঐনা হায়রকই।

— ইবুংঙো খোঙশি মথা তারিবরা, তাদ্রবরা খঙদরে। খুৎমু থাদোকপা য়াদরে য়েৌরগা পিরগে, অচোইবস্মু য়াওদে।

— য়ানি ঐ হনদোকচগে। ( নমহুনা লৌথি ) মথায়দি য়াওদরে।

— অঙাং হৈ শিংমনলি। ঐখোয়দা ৱাৎপদি য়াবা, নখোয়দা ৱাৎপদি য়াদবা।

— কালশি হৈশিংদবা য়াদবনি শাউবিন্নু হোরেন য়েৌরগা হনদোকচগে।

— অঙাং হৈমন শিংমল্লবস্মু য়েৌং মমৈ চপতনা শিবনি। ঙসায়দগী ৱা ঙাংলমদবা অহন অমনা হায়রকই।

— যণ মমৈ তৎপা, ছুই মমৈ তৎপা, উচি মমৈ তৎপা শি হায়বা তাদে, নংগী য়োংহু মমৈ নত্তবা চপলম্লনি।

মীয়ামহু শেৎ কাই। ঐ মায় ঙাংতক তাই। গাড়ি খাম্মী, মসা নানবী মৌনহা খরা অচিনবা নাচুংদনা কাথৎলকই। কারক্লি-বশিংহুগী মরক্তগী মশা খরহেন্না ফবী মৌনহা অমনা মনাক্তা ফম্লিবহুদা হায়।

— শে ইবুংঙো ঐ পথিগে। অঙাংনা শিৎ কনবা হৌনদে।

খোক চিংথৎতুনা পমখৎখি। ফমথখিবগা ৱারী হৌরকই।

— ইচে, মখোয় পাবুংদি শাউহৌই, য়ামনলি চৈহৌই।

— হেরা ইবেম্মখোয় চহী অমগী মনুংদা অমুক্তা লাকপনি, লুপা লিশিং অনী অহুমনবু হৌজিক্কী মতমদবু কৈদোনেগে। ঐখোয়না য়াম্না পুরগা মমায়নি, হনলকপদস্মু য়ামগদৌরিবনি নত্রদো ইনস্মা।

— মাম্মি, মীমাঙদা লৈত-লাইরা উৎপা য়াপোৎ নত্তে, অহেনবা তাম্নগদৌরিবনি হয়েংগী নুমিৎশিদি।

তুচুংখিবা খঙহৌদে, ইশাদা হন্থনা য়েংখজরুবদা ওনথোকপা শকতম অমদা লৈরমলে। লুখ্রাবী ইচলগী ইম্নফি অমতংগা চি থুংলবী মচানুপীগী ফুরিৎ মচা অমতংগদি হায়রুনা লাকপনি। হয়েং মখোম্না হরাউজগদবশিংছু মীৎতা শং-শং উরম্বনি অহুবু খঙহৌদনা মমশিনখি। মতমশিগী চৎনবীনি মখোয়গীদি মমায়, মমিৎ, মনা, ওকশম, খোঙবি কাওবা লৈত্তেংগী লৈত্তেং ঙাক্লনি। মশা মউ তনোই-তনোই, কা মতপ অমতংগা উমলিবছু হেন্না রাশি হান্নি। ঐখোয়গীনা কদায় কাগা উমলুরদি শামু উরিং থুংগুম্মী। হায়ফেৎতং শায়রুরদি চায়রুংগী হং নানথোরক্লনি কিনৈ মুংশা থিনৈ অউবশিংনা।

লৈত লৈত পুজরকপা লুপা চনীথক্তু হাপচিনখিবা তুংগী ফুরিং-খাউদা হায়রপ মারুই মমাংদা অমুক্তা থেংনদবা অমা থেংনরে। ঐ হুমাং অনপ্পী কারে শ্বর ফাওবা শম্নরক্তরে। হনজিন হনজিন মাবদস্থ মচী লেঙদ্রে। ঐগীশিবু পান্দ পাল্লবা জাৎলনে। শোয়দরে পাল্লে। খঙহৌদনা কনত্রেক্তরনা লাউরকই।

— য়ৌরে য়ৌরে খরা খরা থুবিয়ু।

লোয়ননা কনত্রেক্তর নত্তাতুগী থৌরবা মীয়েংদু মৌনহা শাকবীতুগী মায়কৈ তমলকই। অথ লৈবা মীৎয়েংদু শাফবীতুদি থোইনা নাচুংদবগুম তৌই।

গাড়ি অমুক থারে। শাফবীতুগী হাঙলবা মতম্বাক্তু উরগা খঙনিং নীংশিংলকপগুম কনত্রেক্তরত্তুনা হায়রকই।

— হৈমা, মসিদগীত্তাদ ভরা পিরমদনা কুমগ্রমাল্লেদনা।

শাফবীতুনা মরৈ কোনতক হায়রকই।

— ইবুংঙো নংস্থ খিৎ জৌনিংমনগ্রে, করিগী ভরানো অঙাংত্তুবো।

— কদাইদগীনোদা, মচা মরি মঙা গুরবনি মমায়হু য়েংবদা খঙজ্রো চাওবা হেন্দবগী বানি ।

— মমাগুদা ফম্লিবীত্থুগী মনমগনদা পোপ ফুই মৌনহাত্থু ।

— হৈয়া ! ইনশ্মা ঐদি অঙাংনেনা ইভমপাকশিদা পশ্বিক্লরে হায়মি । মখোয় পাবুং তারদি কমদৌনিশিদি ।

— ময়ামত্থু মচিন মেন-মেন্দুনা মৌনহাত্তদা য়েংমৈ ।

গাড়িদগী মী পুম্নমক কুমথনরে, ঐ ইকোন-কোনবদা কুমথরক্লে । তুংদা হাইরগ অমুক মাদনা য়েংই, লৈরি । কুমথরকপদা মীয়ামত্থুগী মীয়েংনা ঐবু তান্নরকপগুম তৌখি ।

---

# থরায় য়াওরিবা অশিবা

রামে ম্লেক

হাই, কদায়দনো, করিগীনো মুমিদাং থেংনা হনজিল্লকইবা, নঙ পাখঙ নস্ত্রবনিকো, ইমানা ঙাঙহৌবত্থু তাশম্নদনা থোক্লক্লে। কৈথেল য়োরে। গমভি, চাওবা য়াম্বুংঙাইত্থুনা লৈরম্লে। ক্লবতা চঙমিম্নরক্লে। লখীদা য়াম্বুংনা হায়, হন্দক্তি শেং কায়হন্দবা য়াদে, চেকশিম্না পুংথোকসি। ঐনা খল্লি, হন্দক্তি খম্বসিদদি শারগে পীবিরক্লবদি ফগনিদা। অর্জ্জুনগুম খুমুদমক উত্থুনা খুম্নত্থু তেম্না মঙক ককপগুম ঐস্মু ঐগী পান্দমত্থুতং উত্থুনা শেগাক কায়হনগে। ক্লবতা হাম্না মী ফনা য়াম্না লৈরম্লে। কেন্দম মতেক অমা অনি থাল্লম্মী। খোংউপ লৌথোক্লরগা ফক্তা ময়ামগা নক্লা ফমথৈ। তাতোম্বী, বংকিম, বিমো, শখি, ইচে লৈবাক্লৈ, বিমোল্লিনি ফম্নম্বত্থু মথং মথং উরকই। বিমোল্লিনিগা মীৎচাম্নবদা হকচাংসি শ্বাই ... ... ...। মাস্থু লুকখখি, থায়নদগী ইবানিগী শ্বাই লাউনবী অমা লৈনৈ, অত্থুননি। মোজাত্থু মুংঙাইতরে, লৌথোক্লগা খোংউপ মমুংদা চেৎনা শুজিল্লগা খোংউপতু লাপ্লপ খোঙনা লামত্থুনা ইম্থোকথরে।

ইচে লৈবাক্লৈনা হায়রকই, — কৈদা ইপাখোয়না য়াওরকপা শক ফজবনিনা নহালমথৈ য়াওরম্লদি নহাম্না ফাওরম্লগদবনি। শক ফজৈ থাগৎলকপত্থুদা, কদায়দৈনো চিন্দা হায়জরবস্থু হরাওবদি লুতোন য়োরজাৎনি। মোইরাং কংলৈরোননি শাম্নগদৌরিবসি, পার্ত মথং মথং য়াম্বুংনা য়েম্থোক্লকই। ফনা য়াম্না য়েম্থোকথরে, শেম্নু শখি, থোইবী বিমোল্লিনি ... ... ...। ঐ শ্বাই লাউবা ছোরে, মুপাশিংগী লাক্লনি। পুক্লিংদা থুরুমজৈ, খম্বত্থুদং শাত্থুনা বিমোল্লিনিগা অমুক্তং পাজরবদিকো খম্বত্থু ঐ। নিংবু নিংলবদি লাইনস্থু উবজাৎনি, য়াম্বুংনা

ওনশিল্লকই, খম্বতু নঙ শারোঙনা। পাক হোই হায়দোকপা ঙমদ, মাইসি ইচপমুক ভাঙই বিমোল্লিনিনা নোকফেৎ য়েংলকপতুদা । মাম্বুং গমভিরোমদা ওনশিনখ 'নঙ লৌরোৱনা'। পুক্লিংদা শোল্লি, হে তাইবং মপু গমভিগী পুক্লুংদা চঙবিয়ু য়াহনবীগমু, ননাইনা হয়েং ঙমজবা কচ্চগে। লোম্না খুৎ খন্দুনা মীৎ চেজেং ঙৈহাক উইশিল্লি । ঐনা খুরুম্না খুংলে, গমভিনা হায়রকই, 'ঙফিসকী থবক চিনমম্বসিদা'। মাম্বুংনা হয়েং খন্নরগা হৌরসি হায়রকই। বিমোল্লিনিতু কাইনরমদাইদা অথ´ লৈবা অরোম্বা মিৎয়েং অমদি য়েংলম্মি।

য়ুম য়ৌবদা চেক মোক লাউরমদরে, ফোংনা মিং কৌবা ঙমদ্রবসু খোঙ ঙাংঙো, হাই তারবা, তুম্নবরা, হাংঙেনে নঙবু ... ... মওং মওংদা কৌবনি। তাবা কৌবা লৈতে। শাউনিংঙুনা কল্লপ থিনলুবদা কোকথক্তা 'তাং' ... ... ... কোকশি উরু উরু লৈ। লোইশিন্দবা খোঙজাওগী ভেস্তিলেতরগী য়োংচৈতু কেল্লকপনি। লৱাইদা খোল মতুমদৌনা জর জর পোমখৎলকই। চৌকি, অমা লৈরম্বতু চিংশিল্লগা ভেস্তিলেতরদা লিংশিন্নবা হোৎনৈ, পুক্তা পল্লি। খুঙলোম্না মপালদা কোক্লোম্না ইমুংদা লৈরে। অসোম ইমুংগী খোঙজাও হাংদোকপা মখোল তায়। খঙথ্রবদি শোয়বা তারে হায়দুনা খোঙ অমুক্তং ফিদ্রিং ফিদ্রিং কাওববু ইমুংদা পদ্রাক তাই। মপা.ল্লামদগী ঐগী খোঙনা কাওবদা কনাদনো অমদি পানখ্রে। মুপীতু হৌজিক্তা মিৎকপ খোক্লক্লমাল্লে, কনানো লাউরকই। লৈমায়দা অনাবা খাঙনা খাঙনা ঐনা হায়, 'ঐনিনে'। মুংশা থীনা চেনশিল্লকই, হৈমা অঙাং মচাদৌনা।

— অচ্চাচা লাকচৈদা, মখোঙনসু কাওরম্বা মুপীমচা মুংশা থিনু, বাজি লৈরি খোঙ হাংদোকউ মত্তিক খোকপা লারুগে। খোঙদা কম্না কম্না থিল্লকই।

— ' বাজি মানে'

— ' মা হায়বদি '

খোঙ দং দং খিল্লি।

— ' আ মানে '

— ' হাই উমেস '

— ' হাও বাজি '

— ' থিদা নশক্তুগা '

ইমুঙগী মী পুন্নমক হৌগৎনরক্লে। করি করিনো মুকুম মুকুম শোন্নবা তাখি, তুমিন্না চঙনগ্রমাল্লে। মানা হংই শোক্ত্রা। ঐ খুমদে, খঙ্বা শাব। তোক্লদরা পাখৎলি।

ঐ তুম্বা য়াদে। হোয় কোক হেক হায়হৌদবগী খোয়দোশি লংখৎলি। হয়েং গমভিদা ওস্তা উন্নরগা হন্দক্কী মতাংশি ঐ লাইবক য়েংলগে হায়হুমঙাই। য়াহৌরকপদা মুমিৎ বাতোন লোয়্লম্লে। থনা লোইশিন্দুনা গমভিখোয়দা চৎলি, ওফিস চৎলম্লে। ওফিস য়োৌবদসু লৈরমদে। হোটেলদা খেচ্রি, অমা চাথোক্লরে, মমল হেনগৎলম্লে, ভারাসু চিরে। ওফিসতা অমুক লাক্লে, গমভি লাক্ত্রি। কৈহাক ফান অশাংবা অমা থাবত্নদা ফমথৈ। অতুঙৈ য়াওশংগী অবের তৈরুবগী খোৌদোক্ত নীংশিংলকই। ' নশাগী নমাইদা অমোৎপা তৈশিনজবত্নবু পাম্মদরনে ' হায়হৈত্নদনি লুপা কুনচৎপি পেন্দ্রেক পেন্দ্রেক লাউবী অমা শৎখিবত্ন ' মত্নদি নঙগী বিড়ী লৈনৌ ' মানা হায়রকখিবনি। মুমিত্তুদগী ঈকাই মুংশি য়ানখিত্ননা ওসি ফাওবা মায়োক্লবা ঙমভ্রিবসি। ঐগী লুহোংবদা মহাক মুংঙাইখিদে হায়, লুহোংলবা মতুং লম্বীদা অনি অহুম্নক উন্নবদা বাদি ঙাঙনদ্রবসু মাগী কৈরপ য়েংবী মিৎয়েং মথং মথং। নিংথমথা ওইবগা মুমিৎ থনা তাথ্রনি, য়ুমদা চৎলগা উন্নরুরগে ওফিসতা লাক্লরোই খন্দুনা থোক্লক্লে। সিফাইনা পরেং লেংলম্মী। খর চেন্দুনা গাড়ী নংহৌনবা খঙ্বনি, সিফাই মযামগী চেকশিন্দ্রবা মরাশিং াকত্ননা তপথরে। কদায়দনো কাপ্পে হায়ত্ননা কৈথেল তাক্লে। গারি

থাফমদা গাড়ৌ অমত্তা লৈরমদে। কুইনা ভাইরবগী তুংদা গাড়ী অমথক লাকপত্নুদা হুপচন্নৈ ময়ামতু ইন্নৈ। ঐস্মু থোঙনাওদা লিংশিনহৌরে, ঙরাংগী থোঙ মথক্ত লিংশিন্নগী থৌদোক্তু নিংশিংলকই। মুমিৎ পুমত্তা তাখরে, য়ুম্লোমদা চঙলমদরে, ক্লবরোমদা লাক্লে। গমভি লাক্লমত্রবদি ফনিদা খল্লি। শামু খোংয়েৎপকী মতাং, খম্বনা মুংগাইথক্তা তাত্নুনা লৈরিভৈ, থোইবীনা মথংলেম্নু মথাদা চেজেৎ কোন 'থংলেন মানজ পাম্মুবা করি মতৌ কৌবগেনে পাম্মুবা'। ইশ! তুবু চুংই, ঐখোয় মুপীনা করি খনখিনি। ক্লবত্তা ফজিল্লক্লে।

— 'লাইর লমজা ওইখিবনা হন্দক লাংওন সিদদি ইশানৌগী পাইমা পুক্লিং থুংহনবা ঙম্লোইদৌরেনে পাম্মুবী'।

— 'য়ারাত্নুবু চঙ্গোইবীমু, পাম্মু নঙংলাংগীদমক অরাবা মচেৎ লৈজরোইনে, ইশাবী'

বিমোল্লিনি গমভিগী লেংজুমদা ভাথখি। ঐভোন্দা ভাথরক্লবোই নিংলুরে, গমভিত্নু ঐ ওক্টরবোই নিংলুরে।

— 'মতমসি চাওখৎলবনি, বিমোল্লিনি, নকোক্তু পৈরগা অত্নুক থাপ্না ভাথল্লিবত্নু করিনো, নকশিন্নোনে, সে অমুক্তা

ঐ তাবা ঙমশিল্লক্তবে, ঐগী মাওদা লেম্লরিবজাৎলা, মখে য়গী-সিবু উশিন্তুবজাৎলা ঐস্মু ঐগা বিমোল্লিনিগা থায়নগী য়ারীত্নু খঙবনিদা। গমভিত্নু য়ারে হয়েং তম্লসি হায়ত্নুনা ছসিগীদি লোইবা তারে।

— 'হয়েং ঙন্তা লাক্তুনা উমেস নঙ মীনা ভৌরিবসি থর য়েং-শিল্লু, নঙদি নৌরিবনি খঙহৌবা ফৈ'।

— 'য়াখুং ঐ হয়েংদি থবক লৈরে'

থম্মোয়দা শোল্লি, ঐগী খুত্তরা মীগী খুত্তরা অমদি শোইরোইসে মী য়ানদবা হায়ববু, থরায়না চাল্লিভৈসিদা। ময়ামদগী ঐ হানগৎলক্লে, বিমোল্লিনিত্নু কল্লপ য়েংহৌই

তোয়নদি থোকপা ব়া-লান কয়া ঙাঙদবা অমা ঐঙোন্দা পী, অমা অনিবুদি মরক থেৎনা ঙাঙবা য়াওই। নিংঙোল চাকৌবা নুমিত্তু লৈকাই পুম্বা ড্রামাগী ব়াদা ঙাঙনখ্রে। নুমিৎ তাশিনখিবগা লোইননা ঐগী মিহুলশি ফদ্রেং ফদ্রেং কারক্লে। ড্রামা হোলদা লাক্লে। মৌশিদি কয়া য়াম্লবজাৎনো, হোল ফুল ওইগনি। মেকঅপ হৌরে, মিহুল খোঙজেল থুজিল্লকই। মেক-অপ মনুংদা চিফেৎ চিফেৎ অনি অহুমলক মপাল থোক্লুরে। মমাঙদা অমুক্তা তৌখিদ্রি দাইএবেতিসকা লৈরজাৎলা ... ...। মাবু লাক্লবজাৎলা, ইকাইগায়না লাক্কদনা ত্তিকেত পৈসা মাঙগনিকো। কৈনো অমুক তৌরক্লিবসিনা, থাঙবা য়ারোইদৌরি। মায়সে মরাং তুরাং ফৈজোমহুমগা মনিং লৌবুক তান্না চেল্লে। ফনা কুইনা ফম্মী, অমদগী হেন্দে, অরোইবা বেল পীখরে। অমুক চেল্লক্লে, হোল য়ৌরমগাইদা অমুক খঙলুম লুমশিল্লক্তুনা অমুক লৌবুক তন্না চেল্লে, কুইনা ফম্লবগী তুংদা মনাও অমতংগা থোক্লকই। ড্রামা ফনা য়ান্না হৌজিনখরে। ব়া ঙাঙগদবা মতেক অমতং য়াওবহু য়ৌরক্কদৌরে। স্তেজ তন্না চেল্লক্লে, ঐগী পরেং অহুমগী দাইলোক্তু মিৎ উইশিন্দুনা চিনফা তৌই হনজিন হনজিন। য়াম্বুংনা মতেক্তু ককথৎলে হায়বহুদা ঐ শ্বাই লাঙই, মতেকতুখক্তদনি ঐনা ব়া ঙাঙগদৌরিবসি।

—'উমেশ উমেশ ফিংনা কৌরকই,
—'কৈদৌরে য়াম্বুং' তন্না খুম্মী
—'নঙ গমভিগী মহুৎ শিন্না তারে
—'গমভি কৈদৌরগে, ঐনা করম্না
—'তহু অদা মতম লৈতে, বিমোন বংকিম মখোয় লোইনা পিকই, নঙগতনি ফিভম মান্নরিবা, গমভিহু লোক খুবনা য়াদরে।

অশিবা শাগদবনি হিপ্পা হিপ্পু, পুরা শিরবনি, শলাংনা মথায় মমি কৌহুনা হিংগৎহন্বতনি।

মখোয় অমা অনিনা ইনবোই চিংবোই তৌহুনা ষ্টেজ ময়ায়দা নমহুনা হিপহল্লে। ফি অমনা কুপশিল্লম্নগা চেম্মোক্লখরে। ফিজং হাইদোক্লকই। থোইবীনা কোল্লগা তেংথারকই, শাবী ইবুংঙো মুংশিবা, থংলেন নঙবু পাম্মুবা। বিমোল্লিনিনা কোল্লকপহুদা ঐ অহুম ব্রাম্থখরে। ঐনা লৌশিং তারকপদা মেক-অপ রুমদা মায়দা ঈশিং হৈরম্মী। ঐগী মতাং য়ৌরল্লনি, হৌগৎলগে তৌবদা বনকিম্না থাম্মী।

—' ভাই উমেশ, নশম নমায় লোইনা চোৎলে, ফিস্থ মোৎপনা লোইরে, থোক্ল্রম্ন '।

ড্রামা লোইশিনখরে ঐগী মায়সি মীয়ামদা উত্তুনা ব্রাহৈ অমনিদং হায়গদৌবহুফাওবা হায়হৌদ্রে। শাওনিংবোই ব্রারৌবোই ফিরোল হোংদোক্লগা য়ুম তামা পরপ পরপ শৎ অমম্বহুদা মীয়াম শাম্নবা হেনগৎনা লাক্লে। ইমাঙদা চৎলম্বা মীয়াম মরক্তগী শোম্মাংননা ব্রারী তায়।

—' ইচে তোম্বী মখোয় তাতোন য়াওই হায়হুবু করম্বা কান্দা য়াওখিগে, করি শাখিগে'।

—' থঙদেনে করম্বনো '

—' ঙসাই অশিবা শাবহু কাকামচানে, মাগী খুৎনাওবী অনি লোঙবহু ফিদগী লিৎথোরকপহু উদমাল্লে, ঐদি অহুম থঙগে '।

ঐ থংপ্রেক থংই, ঐখোয় তাচৌগী মচানুপা অহলনা খুম্নকপনি। খোঙকাপ থুরপ, থল্লি ' ঐগী মুপীমক্না ঐবু শক থঙখিদবা।'

# মহাক্রো

**ধনকর ইরোম**

থবক্কা কয়া লৈতবসিদা মতম লেনফম খঙদহুনা মল্লবা এলবমহু পুখোক্লগা য়েংলুই। পিকনিক, চাকচা হৈজানবা খর নহা ওইরিবৈগী কোই য়েক্লগা, কোলর থেকংলগা, সনগ্লাস হ্নাইনরগা তুপী উপ্লগা নমখিবা ফোটোশিং, মথংদা অহুবৈগী বিজয়া, মাগী মমান্নবীশিং শান্তি, জমুনা, ইচে শখি মখোয়গী পাউংখাল্লোই মখোয় লৈকাইগী পাখঙ তোম্বী বিজয়াগা ঐগা লোয়নখিবসি চহি মরিমুক্তি ওইরবা য়াই। থুংনশি কায়নগুমসি লেঙনগুমশি ঐগী নাকোংদা মশিঙ লাকঙমখিদে। চাখিবা কা, থকখিবা চুরুত, গাড়িদা হানখিবা থাওগী শেল ময়াম পাশিল্লুরবদি পুন্সিসিদা মহুনা শেনলেপ ওইরগা লায়না হিংলগনসু য়াই। য়ান্নবহুনা খ্বাইদগী মরুনি। চৎনবীসিদা য়াওরুবা ঐগী ইরালনি। মচেৎ মকায়শিংহু পুন্সিল্লম্নবদি চাউরবা মপুম অমা ওইরগনসু য়াই।

থম্মোয়সি কায়খিবনি, মানা চেনখিবা নুমিত্তো। ইমং মংদনা তারকপা নোংগী ঈরিকশিংহু ঈশিং নত্তে হায়রুবা য়ারোই। ইমান্নবা কয়াগী মমাঙদা ইকাইবা হেক থোক, থোকখিবা থোদোক ময়ামহু হেক নিংশিংলু, শাওনিংবা নিংঙমদবা ময়াম অমা হোইহুনা পুরক্লগা থশ্বীরম্নগা চৎখিবনি। নুংশিবিবা তশেংবরা শেংদবরা চেল্লশিদি হায়রম্মী, ইশাগী খোঙফম চাদ্রি ঙাইখিসি হায়হুনা থেমখি।

বিজয়া, মখোয় ময়ামগী মরক্তগী খ্বাইগী হৈংবী তম্মী ওইবতা নত্তনা শকসু মকজবনি। ইমায় চোল্লবী ঈচেলগী মপান্থোংদা তপ্পা চেনজবা মাল্লবসু ঈরোম্নুংদদি অকন্না শাফু ঈরৈ অরাম্বা নত্তে। মাগা অহাপ্পা উম্নবহু নীংশিংলি। হাম্বনা উম্ননবা শিনগ্রবনি। পান ছুকানগী নাকলগী

কানশাংহুদা মখোয় মুপী মরি মঙা, মুপী মাম্বা তোম্বী পুন্নপ ফম্নম্মী।
ঐখোয়না হেক য়োৌবগা তোম্বীনা ঈকায়দনবা অহুম শীনখ্রে .

— ' এ লাক্তি লাকইদনা, ওম্মা লাকউ হায়রগা খেঙলকইনো হায়বা। সোমদা ইমাইপেম্মা মী অমদি লাকঅরোইগ্রা কপ্পব-জাৎনি '।

বিজয়ানা ঈকায়হুনা তোম্বীগী পুকনোপ্তা খুহুম্না শুই।

— ' অয়োমা হিংচাবী, কৈদোগে সি হায়বো, হৌজিক্তা ঈকায়-রক্লবো '।

মখুৎ মশা মঙক পৈথহুনা তোম্বীনা ফৈয়প বিজয়াদা য়েংলগা ঙাঙখি।

— ' তোম্বীনা হায়রিসিনা চুম্মী '.

ইচে শখিনা ভাশল্লকপনি। ময়াম বা লাউনা নোকই, লৈশাবী শরী শল্লপ পুবীগী বাহুদা। মুপী থরা য়াম্বহুদা মোয়না খর হেনজিল্লক্রে।

— ' অহাম্বা শকথঙনবনি ক্বা চাহৌ তারেদন, তা চাওবা জারদা ঙাক্তনি, তরুক্লি '।

তোম্বীনা লোইনা শমজিল্লি, ' নোয়স্মু চাদরনে, ঐখোয়গীদি জারদা ঙাক্তনি '। হৌজিক্তা উরকই মচম্বাহুস্মু মুপীদোনা মচু শঙই, খুজিলস্মু মচু পারপ তৈ। শমহাৎ তংখাই খায়দীহুনা লিলাগী মুপী শাবী মাল্লি। পুন্সিগী জারদা চাজদবনি, অহুবু চারে, মহীহু য়োৎশন জদবনি, অহুবু কোক্তি ঙাওবা হৌরে। মথঙগী প্রোগ্রাম হায়নরম্নগা থুনা হল্লক্রে, মোয়দি ফমহৌরি। লম্বী হেক হাইদোকখিবগা মখোয়না উদ্রবকান্দা ক্বাহু ওথোকহৌরে। অহুবু কোকতি ফনা ঙাওই।

স্নুম উম্নবদৈ খঙলে। মখোয়গী কাঙলুপতু অমনা লৈরথা ক্বা থরা মিথাই থরা চারগা অহুর ইদা চাহুনা লৈবানে। অয়ুক নুমিদাং নাইদনা চাকোই চামিম্নৈ ফাওবা খঙলে। তোম্বীহু পাখঙ ওইবগী চৎথোক্তে, লৈশাবী মরক্তদা অহুম লৈ। চাকচা হৈজ্জানবা, শিংজু চাবা লোইনা য়াওই। থাবল চোংবগী শেলখাই কাওবা হাপ্পী। ইচে তোম্বী হায়না কৌবদা নোকফেৎতমক তৌরিবনি।

ঐ লাকপা উখ্রবদি বিজয়া কৌথোক্লবগী য়াদ্রে। তোম্বীনা হায়ফেত্তং উখিবদা কোয়চেন চেন্দুনা কৌথোরক্লনি। ঐ লাকপসে তোম্বীগীদি হয়াওজখ্রপোংনি। ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা ঙাথশল্লগা মখুৎ মশা কক-কা তৌজবা মাগী হৌনবীনি।

নোংমা ঐনা ফমুংদা হিপ্তুনা মেগাজিন পারিঙৈ তোম্বীদু লাকই। ময়াম পুম্নাও লাওই। ময়ামা কৈনো বিজয়াগী মরমদা হংই, ঙৈহাক য়া য়া নোকপা তায়। ঐত্তোন্দা ঙাথরপ ফমথরকই।

—'কৈনো হন্দক্তি ইয়াক লাক্তেনা, হয়েং কলেজদা লাকউ হায়বনি, নখোয়নিবু শাউনরবো'

—'শাউনদে, অতৈ করি হায়রকই'

—'অদু দ নখোয় হয়েং হায়নজৌও'

মথা হংলুদ্রে। মরমদি বিজয়ানা হায়রকপদা ঐনা ঙমখিরোই হায়খিবনি। তোম্বীদু মাগী হৈনবী মথুঙ্ শাংলকই।

—'হৈমা ঐদি নঙগী কা পুরক্তেনা'

—'ফরে নত্তোমত্তা চাজরো'

—'সে ইনবীগেসে ইথক্তা নম্থরক্লগা নমতুনা ইনশিল্লকই।'

—'কৈদৌনগে সিবো, ঐখোয় পাটিদ অমগা অমগা পঙইন ইম্নবজাংনি'।

মাগী য়াহৈদুদা ঐ চিংনরকই, মখোয়গী লমচত্তু ঐখোয়দা লাকপা খুদিংগী ইশা নম্বীবা হকচাং নোইবিবা অদুগা অতৈ ... ... ...। পামজবা পোৎশক্তু মনাক্তা ইফোং ফোংনা লোইনরবদা, ফংলংসু কনানা থঙবা।

বিজয়া উন্নবা চৎলুদ্রে। হাপ্তা অমা লৈরগা চেনখ্রে হায়রকই। মুংঙাইত্তে থম্মোয়সে পুঙমদে, অদুবু মতম চাদবনিনা উপায় লৈত্তে। নুমৎ নিনিগী তুংদা তোম্বীদু লাকই। তুক্কৎচবোই হঙ্গোইবোই মুংঙাইভবোই থৌশাক্লদ্রে।

ইনাক্তা ফমথ-ফমথনা তোম্বীনা হায়রকই ।

—'রাখল মুংঙাইতবা খল্লুনুদা, থা কাদ্রিবনি খঙনবা। ঙমদ্রা, মঙোন্দগী হেম্বী অমা ঐখোয় শীনগে। থরস্থু থ্ুনা পানজনিংবা হায়তুনি ইচে শখিফাও লৈরিসিনি'। ( ফুরিৎখাওদগী কা মতপ অমা পুখোরকই ) 'ইকাও কাওই, নঙগী কানি'।

—'ঐ চাদ্রে'

—নমতুনা ইল্লরুবা হোৎনৈ, ঐনা শাউনা য়েংই।

—'হৈমা শাউরগা হেন্না ফজেঅমী, নঙনা শাউবস্থু ঙসিতনি উরিবা, মুংশিদরা য়েংউ'।

( রা ঙাংনা ঙাংনা মখুত্তু শাংলকই। )

—'তোম্বী, নঙ থুনা চৎখ্রো, নঙ ঙসি কয়া নাতৈ চাররোই। ঐগী ইতৌতুনরা তোম্বীতু রা-লান অমত্তা ঙাঙলমদনা তুমিন্না থোকখ্রে।

ঙসিদি বিজয়াতু মচা অনি অহুম শুরম্ননি। ঐদি পাখং ঙইরি, পূমশেং শেংবা মতমসিগা চাম্নদ্রনা পাখং। পূন্সিগী খোঙফম অরেপ্পা ফংদ্রি। মরুপ রাজেন্দু চঙলকই।

— পাউ অমা তাররা, ইচে শখিদো তোম্বীদো চেল্লে হায়'

— 'ঙকইকো'

— 'ইচে শখিবুরা'

— 'নওে তোম্বীদো'।

মাঙদা হাংদোক্তুনা লৈরম্বা এলবমতু খুমজিল্লী মওং তাক্কাৎতনা।

---

# লানফম

**থম্মকর ইরোম**

পুঙ ৩.৩০ তাদ্রি, থবক কয়া লৈত্তবতুদা থোক্লক্লে। ময়াম ঙম্মা হুম্নবতুদা ঐসু য়াওরে। ঙসাই মোইরাংগী নুপাতুগী বিল পাস তৌবদা শান্তিদা পীবা পৈশাতুদৈ ঐগী শরুক থরা থুংলকপতুনা ঙারা মনা মশিংলা থরদি লৈখিগে হায়তুনা কৈথেল্লোমদা লাক্লে।

শান্তিসে মী শুমহৎপদি হৈখ্রে, থজিক্তুং কোংখিবদা শেল কেন্দবা ঙমপোৎ নত্তে। মুমিৎ খুদিংগী লুপা চনি চহুমদি শোয়দে। মাগী নুপাতুসু কলেজ ওজানি, কদায়দবু থম্মমগদবনো খঙদে।

— তামো, ঐখোয়দি কয়া কম্মা হায়জনিংদেকো, ইশানা খঙনা শৎ শৎ।

নোকপদা রাশি লৈ, য়েংথংবা খজাই নাকলতু কুম্ভক, ঙাঙবদা মীনা তানিংবজাৎনি।

—হনখিবদা ইচা ময়ামতুনা অচাপোংকী ঙাইরমগদৌরিবনি, অহাউবা থরা তাঙবা নত্রবদি চাও য়াপোৎ নত্তে।

— ইংেম্মনা শেল থরা পায়বগী য়ানি।

মুপাতুনা মথা তারকই।

— মতুই নত্তে, মমা লাওবনিনা মচাশিংসি লাওরিবনি।

শান্তিতু মতোমতা হায়জরগা নোকথোকই হৌনা।

ঐখোয়নিনা নুপাতুগী থবক্তু থুনা লোয়শিনবি। চাম্মচৎপী অনি শৎ পীরম্মী। শান্তিগী মতৌশি ঐখোয়না ঙম্পোৎ নত্তে। অতুবু নোংমা নহা অমনা মঙোন্দা উৎলমবা ফিবমতুদদি চাম্মচৎপীতুনা মমায়দা শেৎ-শেৎ ... ঙাঙলম্বা খোন্দু মাদি কাউরম্মগনি, শেনগী ময়াইনা

শাস্তিনা ঐগোন্দা তত্তনা হায়, রাতু খরদি ঙাঙউ মতমগী চৎনবী খরস্মু য়াওগদবনি। পৈসানা মরুনি, পীরম্লে লৌনি পীরমদ্রে মহুৎনি।

লৈশারিঙৈদগী হৌনা শান্তি মচিন মখা ফৈ, মমাতুস্নুনি। কাংজৌ বোরাগী হোতেল মচা অমনা ইমুংতু পুরকখি। শান্তি মশক নিংথিনা শাওং শাদা চুম্না, য়াম্না মকে শেম্না হৌরকই। হৌজিক লৈরিবা মুপাসিদা মমানা নমপী পীখিবনি। মুপা ময়ুম্না থবকস্মু তৌহনখিবনি। অফবগী ইমুংদা পুন্নমক ফহনখিবনি।

অহোং অচাও ত্তাঙ্গা ফংলবদি য়ংগে হায়তুনা চেরং খাউ অমা লৈরগা ঙায়োনফমদা চঙলকই। হন্নু হনা মৌ নহা ঙায়োম্বীশিংনা পংকৌদা কৌশিল্লকই। খরা হোঙগদবা পুকলাওবীতু মমল হংই। কিলোদা নিফুনি হায়। মমলতুদা পৈশা পাম্মুরকই। লৈররোই, কিলো ফাই ফাদে য়াম্না তৌই, মমা থারক্লগা লৈহল্লগে পৈশা পাম্মুরবস্মু গপ মতেক অমদি তৌরম্মী।

মনা মশিংদং লৈগে হায়তুনা নাকল অমরোমদা থোক্লক্লে।

— তাদা. কৈথেল কাবিরকইরা?

লৈরেনতোম্বীনি, ঐদি মশবপু খল্লুদরে, মনজুনরবা ফিজোল মুংশানা কাহৎলবা মায়থোং, প্লাস্টিক মহৎ অমদা থারিবা ইনশাং নাপী খরা।

— করিনো খরা লৈবিখো।

লৈশারিঙৈদা লৈরেনতোম্বী লৈকাইগী খনগৎপদা মমিং চল্লি। মোং হাজদবী মতৌ. টিনবাল মথক ওইরপ শমব্রু মচা অমা, জুম জুম শল্লাং মরক্তা তথেল্লে নাচোম অমতং-মানা ইশিং শোকপা থেক্লকপদি পাখংমচা ময়াম অমা ঙাইনরম্লবনি মবুং মরিগী মনুংদা অতোম্বীনি নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মচাগা ওইরে, নুংঙাইনা হৌরকখিবনি। মমা মপানা হায়নবা নুপাতু পামদে হায়তুনা নুংশিনজবা মুপাদা চেনখিবনি। নুপাতু থবকস্মু তৌহৌদ্রে, লুখ্রাবী মচা বংনানবগা ওইরে য়ু জগারদা লুপ্তুনা লৈ হায়নৈ।

— ইবেম্মা মুংঙাইরিব্রা, অঙাংশিংদি কমদৌরি চাউরম্লনি ।

— হায়ফম খঙদেদা । (মমায়গী হুমাংডু ইমফি মচিনা) তৈথোকই । অঙাং তরেৎনি, মপানা কৈনত্তা খন্দনা য়ু জবার ঐদি সিবু সিনিংলবনি, অঙাংশিংগী খনবদা ... ... ... ।

— এ হায়রৈদে, সুগ ব্রতুনত লৈগদবা নত্তে লাইবক্লা তম্বা অমা লাকখিনিদা । (ঐনা থেমজিনবী ) ঐগীসু ইচা তরুম্নি, খেৎনবা হায়রবু ঐগীনা থবক মচা অমত্তং তৌরিবা সিতনি ।

মাগী মায়থোংগী মম্নিনা য়োনা ব্রারে হায়বা তাকই । নোংমা মুংঙাইরকখিনি খন্দুনা হিংনবা পুন্সি ঙাক্তনি, অতুবু মঙোন্দ দি তাইও-ম্নরমাল্লে । পিক্লবা লুকমাই মতম্তুনা হিংনবগী পম্বৈ ওইনরি । ফবা ফত্তবা চানিং চানিংদবা মঙোন্দগী লৈবা য়াবা লৈশিল্লে ।

লম্বীদা চৎনা চৎনা খল্লকই । মুংঙাই ম্মাইফনা হৌরকপী লৈরেনতোম্বীনা ঙসি মুংশাগী মৈশা মরক্তা মনা মশিঙ খরদংগী শেন্দোংনা য়ুম পুনরি, মচা ময়াম অমদি ওক্তবা মপাগী পুক্নিদমক ইকাই ইকি থাদোক্লি । শান্তিনা ব্রানা হৌরক্লবসু মুংঙাইনা পাল্লি, মচাগীদমক লৈরিবা অচাপোৎতুগী মনলনা লৈরেনতোম্বীগী ইমুংগী নোংমগী চারা হেনগনি । অমুক্তসু মহুনবা পাম্বদগী ইকায় ইকি খঙদনখৈ তানশিম্লবা হোৎনবা ।

কোন্থোং লানশীল্লকপদা ঙায়রি ইচাশিংডু মরী মরী চেনশীম্লরকই থাউ তাপ পায়খি, অমনা মখুৎ তিংথোরকই অচাপোৎকী । খুদাং নাকল অনিমক্তা অমমম পুনলাং হেক লাঙই শুনাঙ য়োরকপফাওবডু । কোকসিদা শিনলোন শিনাজিন নৈশিন্দুনা লৈরম্বা শান্তি, লৈরেনতোম্বী তপ্না তপ্না মমি শামখি । মাঙ্গোল কাখৎখিবদা ঐগী মুপী লেপ্লম্মী । খঙই মখুৎতা পায়রিবডু চেঙ ব্রাল্লুনবা বোরাখাউনি ।

---

# নাথৈখ্রবা পুন্সি ঈচেল

বিজ্ঞানেশ্বর বাংখেম

চহি মঙাগী মতুংদা ঙসি মদ্রাজদা অমুক থংলবদা থমোয়দা নুংঙাইবগী ইথিল অমা ফাওখি। মেরিনা বিচ-পু নৌহৌনা অমুক উনিংবদগী অন্না স্কার য়েনবা ওটৈ বিক্রে তোংহনা লাকই। য়েংলু য়েংলুবদা পুক্লিংসে ইনৌতা নৌই। করিগীসু নৌরোই? চহি কয়া মফমসিগী ঈশিং-নুংশিংকা চুশিন্নহনা লৈবগ্রবনা পূর্নিমা নুমিৎকী ওইবনিনা বিচ-সিদা মীসু ফনা য়াম্না লাক্লম্মী। থাবলগী মঙালনা অরেপ্পা লৈতনা ঈথক ঈপোম হৌহনা শান্নজরিবা সমুদ্রগী ঈপাক্তা য়ৈবহু য়েংনা য়েংনা চহি মঙা মমাংগী থৌদোক অমা নিংশিংবা হৌরকখি।

কালেন চুটি থারুবগী য়ুম থেক্লুরগা চঙনরকলে। ঐথোয়না হান্না ভারাদা লৈরম্বা য়ুমহু থাদোক্লম্লবনি। লেফম লৈতহনা অনৌবা য়ুম অমা ফংনবা কন্না থিনরি। উচিন নাচিন্না সিটি এরিয়াগী রাংমদা লৈবা মুস-লিমশিংনা তাবা খুল অমদা ঐখোয় লৈফম ফংবা য়াবা ভারাগী য়ুম অমা ফংলে। নোংমা জয়কুমারনা চংথেক্লুবা হঙ্গিংল্লক্লগা হায়রে ভাই ঐথোয়গী ইরকসিদা অঙাং অমসু য়াও তারে। ইবুংঙোহুবু পেকপা পাবুংহু ঐখোয়বু ঙাইহৌরি। থিন্দনা পাবুংহু উনবা চংলি। রারী রাতাই শানবা অহুম নুংঙাই মচানুপ হুসু ঐখোয়না তম্লবা পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ দিপ্লোমা ইন কম্প্যুটর সাইন্স সি তমহন্নবা থিল্লকপনি। চংলমদাইগী মতমদা হায়রম্মী ইবুংঙোহোয়, অঙাংসে নহোয় ময়ামদা শিন্নরবনি, ঐনা মাগী মরমদ করিসু হায়নিংঙাই লৈতে। গৌবতবু হন্দক ঐখোয়ন সিদা লাকঅমদাইসদা মাগী কুঠি য়েংবকান্দা লাংফম অচৌবা অমা লৈ হায়। মপান্দা মহে তম্বা তংথ্যাই চনশিল্লকপা অহুরাইদা

ঙমখি মথম্নতা তুমিন রাখলদা লুপ্তুনা লৈরম্মী।

ঐনা হংভি-কৈদৌরে গোজেন্দ্রো, নঙবু হন্দক মরক রা-গা ইঙাং ঙাংখিদ্রসিবু কনা থেংনরুরগে ?

— তামো ঐ, ঐখোয়গী কোনফেংবীসিগী অরাবসি য়েংবা ঙমদ্রে, থম্মোয় পুবা ফাওবা ঙমদ্রে ।

— অদুবু হৌজিক কৈদৌসি হায়বনো, য়ুমদগী থারক্লিবা শেল খরসিনা মহোয়দা মতেং পিবা ঙম্বগী শক্তিসু লৈতে। নঙনা মাগীদা কা হেন্না রারুবগীসু ফান্নবা লৈরোই। নঙগী স্টডিদদুম মায় ওনশিল্লু।

— হন্দক ঐগী ট্র্যসন ফীগী কৌরিবা পৈশাসি মঙোন্দা পীথোক্লগে খল্লী।

— এ, করিগী ? নঙবু ঙাওরবরা নঙ তাদ্রো লায়রবা অমবু ইনাকখুনবা তরানা শোগংপা ঙমদে হায়বদো। মঙোন্দা শেল-ফমদু পিথোক্লুরগা করম হায়না নঙনা নয়ুনদগী অমুক শেল লৌবা ঙমদৌরি ।

ঐনা ঙাংবগা তাদমখৈ মানা পাংঙাংনা ঙাংথরকই।

—করিগীদমক্তা ঈশ্বরনা মী অনগা অমগা অম্তুক থেন্ননা শেখি-রম্লিবা ? ঈশ্বর হায়বদু কদায়দা লৈ, ঐ মহাক্না রারি শান্ননিংই । ঐদি অসিগুম্বা অচৌ পিশক্কী, লায়র-ইনাকখুনবগী খুৎশেমগী ওইবা পনসি নমথেকপা পাম্নী। ঐনা কোনফেংবীবু লৌবদা কনাননো ঐঙোন্দা অথিংবা পিরগদবা ? ঈশ্বরনা ফাওবা ঐঙোন্দা অথিংবা পিবা ঙম্লোই। বাবানসু ঐঙোন্দা করিমতা হায়বা ঙম্লোই। অদুবু অথিংবা অমদি লৈ মানা মুসলীম ঐনা হিন্দু। মানা হায় ধর্ম্ম তিন্নদবা ঐঙোন্দা লুহোংলদি মখোয়গী মমা-মপা, শাগৈ-নাতৈ লৈরিবশিংদুনা মঙক কক্তুনা ফাওবা হাৎপা ঙমগনি। মসিথক কিবদগী ঐনা পুন্সিদা নিংবা কায়রবা মীশক অমা ওইনা লৈগদবদি নত্তে। চঙশিনখিগনি ঐগী পন্থুং য়ৌদ্রিফাওবা মাঙলোমদা চঙশিনখিগনি।

মাবু ঐনা অচুম্বা লম্বেল অমদা পুশিন্নবা হোৎনরুবা ইতিক ওইদ্রে। মপাইবুংঙোনা য়াম্না চেকশিন্না হায়রম্বত্নুদা য়াত্রা হায়তুনা য়েংবিরম্বতনি। ঐখোয়না হায়-ঙাংবা করিমত্তা লৌরক্ত্রবনিনা ঙাং-গদবস্থ তনশিল্লক্লে, ঐখোয়গী অততায় ইচা ইনাওমকস্থ নত্তবনিনা।

ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমসিগী য়ুম্বুসি য়েংবদা মবুক-মপাউ ফবা মীওই ওইনা উরুই। অদুবু ঐখোয় কোনফেংবীগী মফমদদি মহাক পুকচেল চাউথোকপা ইঙম ঙমখিদ্রেমাল্লে সমাজগী ওইবা পল অমা লৈরি খঙনা খঙনা মখোয়নিগী নুংশি-ঈচেল অমস্থ লোম্না চেন্থমিন্নরম্বা ঐখোয়না হায়ফেৎ-শাবেৎ খঙলক্লে। ঙক্লিবদি য়ুম্বু বলরাম অঙাং অনীগী মপানি খঙনা খঙনা কোনফেংবীনা মঙোন্দা নুংশিবা পিবা ঙম্ম্রবসিনি।

নোংমগী নুমিদাংবাইরম্নি কোনফেংবীতু মশা য়াম্না ঙমদনা লাকই। মানা ঐগী মরুপ লোকেশ্বরদা হায় (ইংরাজী মতৌ মতৌ য়ানশিল্লগা তামিল লোন্দা হেক হেক ঐখোয়না ভাব তানবনি হায়দুনা ঙাংই) ঐ শিনীংলে নহোয় ইমুংসিদা হুগা লৈব্রা ঐঙোন্দা পিয়ুবা।

—করি? কৈদৌবগী শিদৌরিবা? বলরামগা গোজেন্দ্রোগনা ইন্থোকপিরব্রো? মহোয় অনিগী মরক্তগী অপাম্বা বর খনবদা নকোক ঙাওরবরো? ঐনা নহান্না অদুম তৌনি হায়দ্রো?

মথংগী অয়ুক্কি। নোং মংবা নুমিৎস্থ ওই। তন্দুনা তৌরিবরা খঙদ্রে, ঐগা লৈমিন্নরিবা ইমান্নবশিংসে ফনা থেঙনফাওবা হৌগৎনদে। ঐনা মপাল থোক্লকপদদি থংনবা য়ুমগী হনুবীতুনা কৌশিল্লগা হায়রকই নখোয়দি পাউসি করিমত্তা তাদ্রিবরা? নহোয়গী কোনফেংবীতু হু চাতুনা শিরয়ে হায়তুনা ৱা-ৱা লাউনরিবসে। ঐ স্বাই লাউই, ঙরাং মানা ঐখোয়দা হায়রম্মীবা ৱাতুগা ঙসি তারিবা পাউসিগদি — ...

নুমিৎ য়ুংবগী অতুৱাইদা গোজেন্দ্রো অঙাওবগী পাংখকুম থাঙ অমা পায়রগা কোনফেংবীহোয়গী য়ুমলোমদগী য়াম্না ফিংনা লাকই।

মতমতু ঐগা ঐগী মরুপ অমগদা লৈবা তাঞ্জানি। ঐখোয় অনিনা খাম্বগা য়াদে। অঙাওবগী মতৌগুম্না লাউই ; বলরাম ভমথিরবা শা, ভসিদি নঙগী অবেয়দ্বা মু মংনি। লাও, থোরকউ। তোল্লা তারবী মুপীগী ইজ্জৎপু শারপোৎকুম্না খনবা শা, । শেল খরা পায়রগা মুপী খুদিংমকপু লৈবা হেক্তা য়াগনি খনব্রা? উপাই লৈভদ্রবী তোল্লবী মুসলীম নিঙোলহুনা মনুং মতম চাদনা মমা ওহংগদবগী মনি তম্নম্বা পুম্নমক নহাক্না থোকহনা নত্রা? নঙনা মাবু অহক মুংশিজকরগা করিগীদমক নহানভৈদা নঙগী মুপী ওইনা লৌশিনখিদে ? শুপগী নঙগী মুপীবু কিবদগী মাবু লৌশিনবা ভমথিদবা নত্রা? লাইরবতুনা সমাজগী মিনোক কিদগী চসি সংস রনগী বিনাই লৌখ্রেদো।

তাঞ্জাসিন্না বলরাম লাকই। খঙহৌদে, গোজেন্দ্রোনা চেনশিন্দুনা মঙোন্দা থাঙনা থিনগে তৌরুই। বলরামনা হৈশিংনা ভাকথোক-হৌবদগী অমদি ঐখোয়না খামহৌবদগী মাদি ইশোক শোকহৌদ্রে, মথুদাংদ্বা খরা শোকপদগী হেন্না। পুলিসতা রিপোর্ট তৌনি কায়না হোৎনৈ অদুবু ঐনা য়াম্না নোম্লক্না হায়জবা তাবিরগা করিমত্তা রাসে চাউথোক্নখিদ্রে। মুমিৎ মঙাশিগী মনুঙদা নখোয় ঐগী য়ুমদা থম্নরোগ হায়রকই।

হৌখ্রবা পুন্সিদা থেংনখিবা মুঙাইতবা লৌদোকসি নীংশিংদুনা বিচকী লৈঙোই মথক্তা ফম্লিদৈ মতমদি ফনা য়াম্না থেঙাজল্লম্নে। বিচভগী থোক্লগা ওটো রিক্সো ফানবা অসুম খাঙনা হাইকেৎ চৎপা হৌরকপগা খোঙ্গেং অমা তারকই। য়েংথোক্লবদদি বলরামগী মনাও-মুপাগী মচানুপী সাধনা ওইরগী ঐবু শক নিংথিজনা খঙলম্বা। ইংরাজীদা হায়রকই

— অংকল নহোয়গী গোজেন্দ্রোদো কমদৌখ্রে ?

অশেংবা রাফমসি হায়দ হায়দোক্নিংদবনি অদুবু ঐনা মাগী মফমদদি ওইদবা ভাংনিংদে হায়দোকখি।

সাধনা, মহাক অনৌবা সংসার অমদা পুন্সি লেনখ্রে।, য়ুয়োনবী লুখ্রাবী অমগী মনাক্তা নিশাগা মরুপ ওইহ্নুনা লৈখ্রে। মপাস্তু সরকারগী থবক্তগী পোত্থাখ্রে।

ঐগী পাউথুমহুদা মহাক থোইনা মথা তারকখিদ্রে। অহুবু নৌরিবী মাইথোংহুদা খওহৌদনা অহোংবা অমদি উথি। ঐস্তু মথা তারুদ্রে। চৎলগে তারুয়গা খোঙসি তপ্পা তপ্পা থাংবা হৌরক্লে।

মদ্রাজ,

জুলাই, ১৯৮৪ ইং



# নাতোনচাবী মনম

**বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম**

নিংথমগী অয়ুক্কি। অতুক হাক্না ঙনবদি নংত্রে অতুবু ঈংবদি হন্ত্রি। থারবা নৈচিনগী কুয়োম হাইদোক্তুনা মুমিংকী মশেক মঙাল লাকপা হৌরক্তা ঙাইহিরি। ঙসাইমথৈ ফিজাও অমগা মৈফু ভীক্লবা তোমচা নোমহৌ-নোমহৌ থোরক্তুনা লৈপন ময়াদা লেপ্লে। কুইরবনি খল্লক্লিবা ঙুলাপ পাম্বী মথক্তা কুপথল্লবা নাতোনচাবী মশাশিংসি থরদি ককথৎকে।

ইল্লবা ফিতু মসাদা চাউয়েৎ যেংশিল্লে। থোরকপদা পায়রকপা থাওতুনা মশা অমনি ককপা হৌরদা ঙায়রি। নহা অনিথক ফুৎ ফাওজিল্লক্তুনা ঙমাং মচীতুদা লেপ্লে। মপা চামৈ, তোমচানা মমাই লৈথোরকপগা। মশা খরা ফুল্লৈনবা নহা অমনা হংলকই।

—ওজা তোমচাবু?

ঙনতানা থুংলরিবা অনিতুগী ফীবমতু তোমচা হাইরপ চিংনৈ। অনিমক জেকেৎ অচৌবা অমমম লীৎলি। অমদি নাকন্দা থাউ অমসু চেকসিন্না য়াল্লী। তোমচা অতু অদা হায়দনা ঙহাক লেপলুরগা থুমকই।

—ঐনি ইবুংঙো, করি ... ... ?

—ও রারৌবিবা য়াদে, ঐখোয় শেংদোকচবা পাউ চেনী রিপো-ট'রনি। ওজাগা রারী থরদং শান্নজনিংতুনা।

—য়ানি, লেঙসিনসি মমুংদা।

শৎ হায়দোকউরগা অমুক খল্লকই; রিপোর্ট'র ওইরমত্রবদি কমদৌবা। জিংজিবা ফুরিৎ মত্তাসিগা। য়াল্লিবা থাউসিনা নোংমৈগা হাপলিজাৎলা। ইস হৌজিকপু অমুক নিফু য়াঙথৈ।'

নিংথৌমগী অইংবা খংলাপ লাপথোকখি। মমাংলেন্দা হুমাং অনমা কাথৎলকই। অশেংবনি খঙদে শেংদবনি খঙদে কুইদ্রি অম্মুমা লাক্লগা চোমলপ অমা লৌখিবা। চঙবদি চঙমিন্নরে মী কমকম কাহুদা।

চঙবগা থোঙ ঙাসিল্লী। পায়রম্বা থাঙ থাদোক্লমদে, তাপ পায়খৎপা য়াগদবা মওংদা মনাক্তা ঙাশিল্লী। মমীৎ অনীহু খাউহুদৈ ইথৈ থৈদোক্তনা হংলকই।

—ইনাওশিং করি তান্নসি হায়বা।

—ওজা, হৌজিক্কি মনিপুরী সাহিত্যগী ফীবমগী মরমদা অথন্নবা চেফোঙ অমথক পুথোকচুগদবনি। ওজাম্মু অইবনিনা ওজাদগী করিগুম্বা খরদং খঙজনিংই।

—এ কদায়দৈ, ঐদি অইবম্মু ওইজত্রি।

থৈদোক্লবা হোৎনৈ। মমীৎ অনিহু মসা খরা পাবা নহাহুনা মথুৎ হুমলিবা থাউহুদা চাগদবগুম য়েংলি। খর থিংবমখৈ য়েংলিবা মীৎয়েংহুদা নহাহুনা ফীবম ইকায় কায়দনা হায়রকই।

—তেপ রেকোর্ড পুজরকপনি।

লৌথোরকই। মহুক্তদা থিংগৎলুরবা খরহু শাংলপ হোন্দোরকই। হাইরপ ঙাঙশিল্লবা মমাহহু নোকমি নোকমি তৌরগা,

—মতম্মা ফংতবসিদা মুংশা থীরুরে।

ইতিং তিংনা হায়দোরকপহুদা নহাহুনা,

—হোয়, হান্না শক খঙনবা নৎতবনিনা।

অমনা অমুক পাংসিল্লকই।

—ওজানা চিংনবীরে হায়বসি ঙসায়না খঙজরবনি। (ফাগি ওইরম্মা) নোংমৈদি ঐখোয়স্মু কিজৈদা।

পূম্না নোকমিন্নে। ইমুংলোমদা কোফী শেম্লক্লবা লাউখি। রেকোর্ড-দিং তোমখা থৌরাঙ হেক লোইবগা নহা অমনা হংলকই।

—ওজা, য়ুম-কৈদি পানবিরেকো ?

ৱাহং মতাঙ্গদা তোমচা নোকফেৎ তৌই। চহীগী চাকানা তাহল্লবা মমায়গী লীক্লমশিংঙ্গু নানবোই করিবোই তৌরগা খুন্নকই।

—ৱাই ৱাই চাউরবা অমগা থরা হন্নবা অমগা শাক্তি অনীদি লৈজরে।

মাগী মুপী থোরক্তুনা কোফী পীররে। তোমচানা শক তাকই। নোক্লৈ অহুমন্তু চীনবান মশেনভং। কোফী পীরন্নগা মাগী মুপী চঙখ্রে।

কোফী থকমীন্নবা হেক লোইবগা তেপন্তু অমুক থৌরাঙ তৌরে। পন্থদনা হংলকই।

—ওজাগী চহীসি কয়াদি শুরম্মনি ?

—য়াঙথৈ হায়ন্তুনি, লোৎচন্দ্রবনি।

—লোৎপিরগদি ?

—সার্টিফিকেৎতা অমা, কুঠিদনা অমা ঐ মন্তু কম্না হৈনজদে। অমরোমদা সর্কারগী কর্মচারিস্থ নৎচদবা।

—ৱারৌবিম্নু, ওজাগা য়েংনবদা ইতৈমদি য়াম নহা ওইনা উজরি।

মপুক্লিং মকা লান্না অমুকুং নোকথোক্লগা তোমচানা,

—তাকপিরিবন্তু অচুম্বনি। সমাজ সেবাদা নয়াম্বা য়াহৌ থরা থেঙদোকখ্রে। নতৈমসিগী মথুরাম্বুগা তিন্নজরকপনি।

পুন্না অমুক নোকমিয়্নে। নোক্লা নোক্লা অমনা মথা তারকই।

—হৌজিক ফাওবদা পুন্না লাইরিক কয়াদি পুথোকপিখ্রে ?

—অইবা ওইজদ্রি হায়জখিবন্তুনি। ফোঙখিববুদি তরাগনিপান শুজরে।

—অইবা ওইবী-শুইবীদে খঙজরে। তশেংনা অচৌবা থবক্লি।

—পংতাক তাকপিরে।

—সাহিত্যগী করম্বা মচলবুনা হেন্না খোয়দানা খুৎ থাম্বিবগে ?

— ডাক্তর উরগা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার উরগা ইঞ্জিনিয়ার, মন্ত্রি উরগা মন্ত্রি ওইনীংঙবা অমত্তা য়াওদে। চুপ্সিন্নৌ য়াদবৈ বাতনি। শৈরেংনা থরা হেন্নদি পুথোকচঞ্রে।

—শৈরেংদা হেন্না মায়পুনরুবগী মরম লৈবিব্রা?

— ইবা মুংঙাই, ফোঙদোকপা ঙম্বা ঙমদবদি থঙদে।

— করম্না সাহিত্যদা খোঙদাবিরকখিবগে?

— কুইনা রাজনিতি তৌজরম্মী লৈঙাকপগা ওইজনীংহুনা। মপা ইচুম হেক চুমদবদে সাহিত্যদা ওন্থজরকপা.

— হায়বদি!

--হায়দি খ্বাইনা মখিং শোম্নরিবা অচৌবা অইবশিংসি তশেংনা কল্লকচৈ। মিংহুই বানিকো।

অনিহু হাইরপ য়েংনৈ।

— ওজাগী লিটরেরী থীয়োরি করিনো?

পাউখুম পাক পীরক্কে। পীশুম অনীহু শুরুপ খল্লুরগা চীং লেম্না খুম্নকই।

—পরিক্ষাদা ফেল ওইগনবা ছাত্র ওইনা হৌরকই। স্ট্রাইক বন্দ চীংথরক্কে। মীয়ামগী থবক তৌরকপগী মতিক মী থাজরক্কে, লাইস্নু। হৌজিক্কি লাইবুদি থাজরে, সাহিত্যগী ওইনা। ঐগী লাইরিকশিং ... ...।

মাগী মুপীনা মরক থৎলরে। নাকোং ময়াদা লোনহায় তৌহুনা। নহা অনিহুগী চাক-ঈশিংগী বাফমনি। কেনজিন্না হৌনা থঙবা মাগী মুপীগী মত্তৌহুদা তোমচা হাইরপ শাউনীংই। উৎপদি উৎখোক্কে। মকম মতম ইচা হেক চাদনা অস্নুন্না চাক তোৎপগী খোদোসি মাগী মুপীগীদি হৈনজবীনি। তৌবৈদি অনৌবা লৈ অমগী বারী শান্নখিব ঙয়াংতনি। মাগী মুপী চঙহনখ্রগা তোমচানা তপ্লপ হায়রকই।

—ইনাওশিং চাক চাঞ্রসিদো।

অনিদু মথুৎও মশাও ফম্নবদৈ হৌগত্তে হায়বত্তা থাকই, যাদ্রে । খোইনা মথা তানদনা লেপহল্লু্য়বা রেকোর্ডিংদু অমুক হোরে ।

—ওজা সাহিত্যগা সমাজগা লৈনরিবা মরীসি করিনি হায়না লৌবিবগে ?

—তোমচা মহোশাই রাজনিতিগী মুংশিংত্তু কাওথৎলকই । ইরিবা ফিদু হাইরপ শেম্নগা খোঞ্জেলদু পৌখোরপ খুম্নকই।

—হৌজিক্কী ওইনদি ঙসিগী লৈঙাক পথাপকা হিংনরিবা পুন্সি মহিংগা লৈনরীবা মরী অসিগুম্বনি ।

—থরদং শন্দোক্না হায়বিয়ু ।

—সাহিত্যনা, সাহিত্যনি রাজ নিতিনা রাজনিতিনি । সাহিত্যদা রাজনিতিগী লুছুপ উপশিনবদি ঐ য়ানিংদে। খঙনবদি কায়দে। অরুবনা অরুবগী, অনৈবনা অনৈবগী লৈজসমু। রাজনিতিবালাশিংদা পানবা লিল মরৈদু সাহিত্যকারশিংদা পাল্লবদি কয়া মথোংচানি থাজদে। পানবদি ফনা য়াম্না পাম্নরে ইহে ঐগীসি মরী লৈনত্রমাল্লে । সাহিত্যনা সমাজবু শেম্মী, সমাজনা সাহত্যবু শেম্মী ।

—য়াম্না মুংঙাইজে, অইবা অমা ওইনা লমদমসিগী সাহিত্যদা করি অশা তৌবিবগে ?

হাইগৎখিবা মুংশিং নেমথরমদ্রি। শেল্টর টেবল মথক্কু্দা মথুত্তু্ দক, কল্লপ খুম্নকই ।

—লাইব্রিক হেক ফোঙবগা থুদোল তৌরুদ্রবদি মিং পনবফাও য়ানদবা, মীশক মীমায় য়েংলগা হৌদোঙ অঙবগী বারীফাও ভালো হায়নবা লমদমসিদা ... ... । নাতোনচাবীগী নাতোনচাবী ঙাক্তা ঙায়-হৌরবদি তুংগী মীয়োম্না নম্নহৌগদবা মনমদু কয়া মথোঙ হুক্লি থাজদে । ঐখোয়বু প.ফ-ফনা শোম্নহৌরোই ।

টেবলদা শুখিবা মথুত্তু্ হাইরপ নাল্লগা চুক্লপ চমথৎলি । নহা অনিদুদসু লাল্লি, অনিদু থক্কে। কামথোয়কপা মৈথুনা কাহুদা নৈশিন্দুনা

লৈরি। নহা অমনা মখা তারকই।

—লোন অসিগী মনা ফংগ্রবা লাইরিকশিংদা ওজাগী মীৎয়েং করিনো ?

ব্রাহংতুগী পাউখুম অরায়বা নৎতে হায়বসি তোমচা খঙই। মত্তা চাগ্রবদি হকখ্রবা লে অমুক হক্তোক্কনা নৈহৎকদৌরিবনি। অতুৱ ইপন পন্দনা খুয়রুই।

—থরদি তশেংনা শীংখানিংঙাইনি। কল্লক্চ। অতোপ্পা লোন্দা হন্দোক্লগা পাউখুম পীবা মুংঙাইগদবস্থ ফনা য়াম্না য়াওরি।

—মতিক চাগ্রবদি মনা পীবসি লেপথোকপা য়াদত্রা ?

—এ কদাইদৈ, হৌজিক কুনমঙাবু য়োৗরবনি। মনা ফংবনিবু হায়রবদি লৈস্থ পঙলৈদা লৈনৈদনা।

মশা খরা পারপ তৌবদুনা থুরপ হংজিল্লকই

—ওজাবু মনাগসি খক ফংবিনিংদত্রা ?

ব্রাহংতুদা তোমচা নোকফেং তোই। কুইনা মপূক্লিংদা থুপচানতুনা থম্লক্লবা ব্রাফমনি। মাস্থ লমজেল য়াওরবা মীনি, লমজেল্লোই খুদিংমক লমজেল থোইনিংবদি হৌনশানি। মসাবু য়াম থাজনা খুল্লকই।

— হন্দক পুথোকচখিবা শৈরেং লাইরিকসিদদি শোয়দনা ফংলনী নীংই। নোংমা নীনিসিদা লাউথোরকপস্থ য়াই।

ঙাংনা ঙাংনা ফুক হৌগৎখি। উপুদা চেকশীম্না থম্লিবা লাইরিক্ক তনলৌ লৌথোক্লরগা অনিতুদা অমমম পী।

—সিনি, ওফসেৎতগা নম্লবনি।

অনিতু ভাব তাফাৎতনা লাইরিক্ক লৌই। মথক-মখা ওন্থাংওনশিন তৌদুনা য়েংলগা অমনা থাজদবা মীয়েং অমগা লোয়ননা হংলকই।

—লাইরিকসিগী মমিংবু !

অঙকপা থাজদবা মীয়েংচুগী লম্বী তোমচাগী চীং লেম্লবা মীনোক অমনা থংচিল্লগা খুম্নকই ।

—ঐগীদি মমুংদা য়াম্না পীক্লা থাবদৈ হেম্না থাজত্রবনি । (লাইরিক্তু চেনা ফাক্তুনা হাংদোক্লগা) তু সিদা থাজরিবা শকখঙ হিদেন্দা মনা য়েম্লবা' হায়বসিনি ।

—ও মমি শামি থারবসু অথ'বু য়াম্না লৈখ্রে । শৈরেংশিংসি ওম্না ফজরমগদবা মাল্লে ।

—কদায়দৈনোবা ।

লাইরিক্তু চেনা অমনি ফাক্তুনা য়েংলগা ফনা তুমিল্লা লৈখি মবাল্লিমক । তোমচাসু মথংদা করি হায়বগী মওংদা তুমিল্লা ফমলি । খবা নেম্বা নহাতুনা মখা তাবকই ।

—কোপী মশীংবু শিদা থাবিরিবা লীশীং তরেৎসিমক হেক নম্বীত্রা !

নহাতুগী থাজবা ওমত্রবা মতৌহ্ তোমচাসু খঙই । অমুক লোৎলুবা তৌদনা পাউখুম পীরকই ।

—কদায়দৈ, চনী য়াওখৈথক্তুনি ।

— চনী য়াওখৈথক হায়বা !

— অহোয়

—অতুগা মশীং অস্তুক হেনজিল্লা থাজিনবীরিবসিনা করিগী ·

—ইজ্জৎকি রানিদা । লৈবাকসিদা অশেংবা অচুম্বা তৌবা রাদ্রে । মস্তিনা মমিংথক্তুগী তৌবা দোনেসন্দা খুবাক খুদবা কনাসু য়াওনত্রবনি । তেংবু তেংথোক্লরবদি তেঙ্গালি কাগনবা লমনি । ঐসু কলবতা, লাইব্রেরিদা ডোনেসন তৌগ্রে হায়বকাওবদি য়াইদনা ।

ত্তেপ, টি, ৱী, ৱেফ্রিজেৱেটৱ অমত্তা ৱাৎত্রবা মুংঙাই য়াইফগী মমি ময়েক শেংনা ভাৱিবা কাতুদা অমুক্তং য়েংলগা থাজবা ইঙমমক ঙমত্রবগুম হংলকই।

—অদু শুপ্লতংগী চনী য়াঙথৈদং নম্বীৱিসিবু শেনগী প্রোৱেমগা নৈবিত্রা ?

মঙক হাইৱ-হাইৱত্নুনা থুমকই ত্তোমচা ।

—নৈজদে, মীত্তৈলোন খঙবা মীতৈমচা পঙয়াম য়াম্না নৈতবসিদা ত্তৌজবনি। থাজবীত্রগা লমদমসিগী অইবা অমদা হেক্তা হংবিয়ু । লোন খঙবিবা অয়াম্বসু ৱায়নৱগা অদুম পানগদৌনিনা পাকা বাইন্দীং ত্তৌজৱিসিনি ।

—মশীংসিগী ৱানী ঙজা ।

—তাবিখো, চিফ গেষ্ট নত্রগা প্রেসিডেণ্টগী বাত্তন কৎলুত্রবদি লাইৱিক ফোঙবগী থোৱমদা য়াও য়াদবশিংদগীনা লাইৱিক অমনিনা লাইৱিক চাম্মা চনীগী পুক্নি সুবা ঙম্বা সাহিত্যগী মাইবা শাবা মথৈগী থুদোলগীদমক্তদি চাম্লনা কোম্নৱে । লেমহৌবশিংত্নুনা এৱাৰ্ড হেক ফংবগা নৌনা মমল নপশীল্লগা সৱকাৱদা য়োম্নবনি ।

ঙহাক্তি ফনা চাউবা কাদু পুমনিন নিনবমথৈ নোকমিম্নে । নোকপা হন্তুৱকপা অমনা,

—য়াম মুংঙাইজৱে, ঙজাগা ৱাৱী-ৱাত্তাই খৱা শাম্লজবসি । অৱোইবা ঙইনা অমত্তগা হংজগে ।

—ফনি ।

—ৱাৱৌবিবদি য়াদেকো ।

—এ ফৱিগী ?

—ঙজানা হন্দক মনা শোয়দনা ফংবগী থাজবা থম্বীৱিসিবু মনাসি হাম্নগা য়েঙ্খোক্নবিত্রা ?

শোয়দনা হংলকপা য়াই খল্লগ্বত্নমক্লি। লেঙজুমদগী নান্থরক্লবা ফিহু হাইরপ শেমজিল্লগা নোকমি নোকমি খুম্নকই।

—ফোংনগদি য়েম্থোক্লবা জাৎ নৎতেদা। তোৎনা ভিন্নবা কাঙবূদনা খঙনবৈ ব্রানী। খাইদা ময়োন্দা ঐখোয় মশেন শুম হূক্লবত্নদা হন্দকসি ঐগী পাল্লি তাই হাইবৈ ব্রানী। ফনম্ব মকুইরে, ঐনা সাহিত্যগী শেবা তৌজরকইবসি। মনা পীবা ওম্বা সংস্থান খুদিংমক্কা তোৎনা তিন্নজরকপম্ব ফনা মকুইরবা।

—অত্নদি মনাসি ওজাদা শোয়ক্রেনে।

—হোয় অত্নদা তারে।

অমুক্তম্ব নোকমিম্মে। কাইনরমদাই ব্রাহৈ অমনি হায়নরগা খোঙ্গালফাও থিন্দোক্লুই। খুৎ শোক্কে। তোমচানা ফংগদৌরিবা মনাত্নগীদমক কংগ্রেচুলেসন তৌরম্নগা অনীহু চৎখ্রে।

তোমচা হনজিল্লক্তুনা হাম্নগী ফমফমদা ফমথৈ। ফক্লাং ঘরিনা পাউগী মঙম শুইরে তাক্লকই। হৌগৎত্নুনা টি. ব্রী থায়। চুরুপ মচৈ চমথৎ-চমথৎ অমুক ফমথৈ। লান গৌনদবা মৌশি-মীনা খোক্তবা মচী অমফাও লৈশিল্লক্কে। পাউগী মরক থৎনা মুংশা মপী অমা হোন্দোকখিবা খঙহৌদে তোমচা।

মাগী মুপী থোরক্তুনা চাক্কী পাউ পীরে। পাউদি লোইক্রি। ইথা হেক থাজরুদনা পাউদা য়াওরকই ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোনগী অইবশিংদা পীবা সাহিত্যগী মনা। তোমচা মাগী মুপীগী খুদাং তাপ পায়। মনাক্তা খংচিং চিংশিন্দুনা ফমথহল্লী। মরোল মরী ইহায় তায়দনা থারিবা টিব্রীত্নদা মখুৎ থিল্লি। মাগী মুপীস্থ অত্নু অদা মথা তারক্তনা ফমথরকই মনাক্তা। য়েংই মপুরাইবনা খুৎ থিল্লিবা টিব্রীত্নদা পাউ পারিবী মুপীত্নুনা মথং মথং লাউথোরকই; অসামি, বেঙ্গোলি, উরিয়া, তামিল মৈ ফুৎ মুংখ।

ইম্ফাল,
১৭।২।৮৯ ইং

# মমল

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

—কমদৌরে ?

মা খুমদে, মহৌশানা নোকমি নোকমিতা তৌজবা মমায়দু ঙসিদি খংলুক লুকথখি। মনাক্তা খরগা অমুক চঙশিল্লগা ঐনা হংই।

—কমদৌরগে হায়বনি ?

লুকথখিবা মমায়দু হাইগংলকই। তরু-তকবা মমীৎ অনিদু ঈরা চেল্লপ শোম্থাংননা খুমলকই।

— য়াওদ্রে তাদ।

মতৌদুদা ঙসাইনদি চিংনরবনি। অশাংবা স্বর অমা হোন্দোক্লগা ঐনা মখা তাকই।

—নংত্তে নঙবু তাইঙোগী ভোৎতা য়াম হোৎনখি হায়দাইনে।

—হোৎনব'য়বু হৌজিকফাও ঐখোয় মাম্মগা কৌনদ্রিবনি।

—তাইঙোগদি উন্ন ব্রা ?

— উন্নরে।

তাইঙো, মযাম্না কৌনবা মিংনি। অশেংবদি ধজ, নীংবু নীংশিং-নখিদ্রে ভোৎ কবক্তুনা মন্ত্র হেক ওইখিঙৈদগীনি ধজদগী তাইঙো ঙনখিবা। খুঙ্গংগী কেন্দ্রদগী কারকপা ওইরবস্মু সহর মচা অমনগা পাক হাইজিনবা ঙম্বা তাইঙো নংত্তে। অদুমক্কবু অহানবমক্তদা কেবিনেৎ অমা তাপ পায়খৌরিবনি।

ইবুংঙোসি মাগী কেন্দ্রদগীনি। ওফিসতা ঈ পাউ লৌবা হেক হেক লাকপদৈ খঙনখিবনি হাদে মীঙমদে। লাকপগা ইনাক্তা শোৎ-শোৎ হেঙ্গা চঙলকই। ফনা বুইরবনি মানা থবকসিগী তাম্নজরক্লিবা। মানা ব্রাজখিবগী হায়রুরবদি তাইঙোনা মাবু পুন্সিগী কাউফম থোক্তবনি।

—তাদা

করিনো অমা হায়গে তৌরম্লগা চপ লেপখি। ঐনা চুন্নপ কোম্না কোম্না হংই।

—কৈদৌরে ?

—সপ্লিমেন্টরি খর্‌মামুক থোকখিদ্রনে ?

লাংভক্লনা হংলিবা ৱাহংতুদা থাজবা ঙমদ্রবগী ইহৌল অমম্ন লোয়নরি। ওন্থোকপনি মীঙমদেগী মতিক ওন্থোক্লা থৈনা নমথাক তৌবিরে। সপ্লিমেন্টরি থোকপদি লায়রহুনা হাম্না থোক্লিবা খরসিফাও তলব পীবা ঙমদ্রা খঙদ্রি ঐনা থৈদোক্তুনা হংই।

—তাইঙোনা হায়রকপ্রা ?

—উম, নোংমা নিনিসিদা থোক্লনেয়ে। ডাইরেক্তরদা চেসি পীরু-চোদনা লাকইনি।

চেহু উৎলকই, কয়া লুবা চেদা মান্দে। মথা অমুক তারুরগা মপুক্লিং মুংঙাইখিদবসু য়াই খন্দুনা তারুদ্রে।

—ফরে ফরে, ঙৈহাক্তং ঙাইয়ুকো অহুদি।

হায়রম্লগা কাদা চঙলক্লে। এতেন্দেন্ট রেজিষ্টরদা সই তৌরুরগা ঐগী ফমফমদা ফমলে। থবক নীংথিনা সুবা সুদবা সইদি তৌদবা য়াদে, তলবকি য়েংনা তৌরিবা থবক্লি।

পুং তরামথায় হেনখ্রে, কা অয়াম্বা মী তিনথংনরক্লে। মপুঙদা থা অমা পুরা তেবল অমদগী অমা মকোক ঙাওবমথৈ চংলুরগা ঙরাং-তমক ইনাক্তা ৱাকৎ মপৈ অমা লোয়নরহুনা থুংলবা কাইলহু সুবা হোরে।

থংনবা কারোমদা লুদো উঙবগী মথোন তারকই। কা চপ-চপ লায়রগা ফম্নম্বা তোম্বীনা মচুবা পৈরহুনা হায়রকই।

—হুং, করি থোকএনবু তৌজসারিনো। ওফিসসিবু মথোয়গী

 

লহু শায়কমহূ ভাররেনে।

খঙমোক হেক নোরিংলকই। মাহূ ওকিলমিদা, ...... লুকমায় পাল্লিবনি। চুরূপ মথী কহোকপোই করিবোই হাইরূপ য়েংলুই। মপা চানৈ মানা য়েংখোরকপগা। পৈশাহূম খৌজিল্লকই।

—অ'চৌ, ভারৌবী পৈশাহূ পীরোদনা।

—তোলোপ কংদৌরসিদি।

—তোলোপ অনিরক শুরেকো হেক্লোকখ্রিসি।

মথাদি খোইনা ভারক্তে। মোজা লোরবদগী খোক খোক চিংবমখৈ উইরিবা বিনোরোমদা ওনশীনখ্রে। নোমহূনা রূপ অমা তৌবা হৌবতা ভায়রি। মা চঙলক্‌লা ইনাক্তা লেপ্লরে। ডাইরেক্তর য়্যৌরক্তি। ইনাক্তা চৌকি অমদা ফমহল্লে। ইনা-ইনা ঐনা,

—কৈদৌবা নঙগী মিংহূবু করিঅবা?

—ইবোমচা হায়বনি।

—ইবোমচা নঙবু য়ুম-কৈগদি পালআ?

ঐবু ইকায়রবা কৈনো, লকক ঙৌনা থুমকই।

—লুহোংবা থা অনিমুক্তা ভায়রি।

—য়েনশাংদি হাউরমখিনিবু।

—খঙদেদা, নোংমা নোংমগী থোকউবনি।

—অহল লমদি লৈরিকো?

--লৈত্রে, ইনাও অমগা ইচল অমগা ঐনা কোল্লি।

—ও মুংঙাইতেদা। লৌ শীংগদি থরা লৈরিব্রা?

—মচেৎ অমত্তং লৈরবনি, থবকিগী লুহোংবগীগদা থাদোকখ্রে।

—চুস বারনিদা।

ডাইরেক্তরগী কায় থৌজিল্লকই। মাংকুক হৌগৎলি। ঐনা খাপ্পী, ...ওহাক্তং লৈরম্রা চঙঙু, মতা চানদা ক্লগৎকনবনি।

—হোয় তাদ।

—য়া অমুক কমথরে। য়াপ তৌবত্ নোইশিব্বদা ঋয়অম থরদি হৌরে। ঐনা তপ্পা হায়,

—চো-চো চঙঙ্‌ত্ৰো।

ইবোমচা চঙখ্রে। ইবা নোইরবা য়াপতু হাইরব পারগা কাইনদা অমুক ইথংলে। ইকান কায়দনা ইবোমচা খোরক্‌না চংলগে তাক্লরে। হাইরপ হংই।

—তাইরেক্তরনা করি হায়রে?

ইহৈ হৈনিংদনা খুমকই।

—তাইগোপা লোয়না গুাংনরম্মেরে। তাদ সপ্লিমেন্টরীশু থোকদবা মাদ্রেদা।

মাগী মপুক্সিং হন্থবা মতৌচুদা ঐন্মু হায়কম খঙ্ক্রে? মতৌচু ফুংশু ফুংঙাইতে। মথোয়নবু ভৌবিগে হায়রবদি কৈশু নৈবা নংতে। কেরানি মচা ঐথোয়নদি করি তৌরবা ঙমগনি।

ইবোমচা চংখ্রে। ইবা নোইরবা কাইনচু পুশিল্লগা ঐ তাইরেক্তরগীদা ঙচলো চঙখিবদা তাইরেক্তরনা হায়বা তায়।

—মল্লিনা কৈদৌ য়ারিগে সে। কায়দবদা ময়লশু মাঙবা, থবকশু ঙইদবা।

ঙাংনা ঙাংনা হাইরপ য়েংথংলকই।

—সার, ঙয়াংগী কাইনচু সিদা নৈজরে।

ঐনা পায়রকপা কাইনচু তেবলদা তপ্পা থম্মী। কাইনচু হাইরপ হাইদোক্‌না য়েংলগা নাকন্দা পত্রাক থমখি। মহৌশানা যম্মা নোকপা মানবা খুগুগংতুনা অরৈমথৈ শুগংলগা কল্লপ হায়রকই।

—মীনা পুবা থাংবা ঙবা রা নংত্রেদা, মথোয়শু থরদি নৈবা য়াইদনা। চৌংমকশু নংতে। (গুহাক কায়রপা) কায়দে হায়নিংথৈ

হাকসনু । লে সিহুম হান্না মরৌথো অাইঙোনা ঙাইহৌরিবনি ।

কনফিদেনসিয়েল ফাইলছু ভাপ পাকথলগা পীয়কই : মথা তারকই ।

—অঙাংশিং অমুক থাকরমু, নও হেক্তা পুরো ।

—ফনি সার ।

ফাইলছু লৌরগা থোরক্রে । ইবোমচাছু মঙম ইশান-শান্দনা চংলম্মী । কদোমদা অমুক কৈদোক্লুবনো খঙদে । তানথংতুনা চংমিন্নরে । পুন্না চঙখিন্নরে । গ'াডশিংছু কৈশু হায়হৌদে । হান্না খঙনরবগীনি, নংত্রবদি মন্ত্রিগীদা চঙবা তরাইবা নংতে ।

তাইঙো মপান্দা লেপ্লম্মী । ঐথোয় হেক উবদা তরাম তরাম কৌশিল্লকই ।

—লেঙশিল্লকই অচৌ থাবু. ইবোমচা কুইনা চংলিদা ।

মমাঙথংবা মী ফমফম কাহুদা চুমন্দ্রিং চঙ'মিন্নরে । মুপি অমা মমার লুকথরগা সোফাদা ফমলম্মী । সাইদ তেবল মথক্তুদা হেন্দ বেগ অমসু লৈ । থল্লী, কনা ওইরিগবা । নহানি, নহা হায়বু ইনথংলক্লিবীনি । মুপী থিরুবদি লায়রদনা কেরানি অমতং হায়কাও মুপী ওইরদি হাপলোই হায়হুনা শিতং তংপা ঙম্লিবা তাইঙোনি । ইবোমচাগা ঐগসু মুপীহুনা ফম্লিবা সোফাহুদা ফমথরে । তাইঙোসু মাইয়োক্লনা ফমথরকই । ইবোমচারোমদা ওনশীল্লগা,

—ইবোমচা নঙ হন্দক্তি ইয়াম্ববু ব্রারৌবা য়াদে । কোতাসি হেক হাকমনথিবসিদা উপাই লৈত্তবনি । মতুংদা খুদোংচাবা লাকপগা ইযাম্বা হেক্তা হায়রক্লগে ।

শেল-থ্রুম, শঙ্গ মতিক চানা লৈত্রবদি খুদোংচাবা পংলাক লাকপবা লমনি । ঙাংলিবা ব্রাঙাংছু তাইঙো মশানবু পেঙরমগত্রা খঙদে । পেল্লবসু য়াই ইবোমচাগুম্বা মীচং-শঙ্গ, শেল মতিক চানা

লৈজনবা মীওই কয়াবু পংথহনবা ওত্রে থনুনা । তাইথোগী মাহুনা ইবোমচাবা ইচম তপ্পা খুন্নকই ।

—কমদৌনি, তাইথোংথোয়না চানবীক্রবনিনা উপাই করিদি লৈত্রি ।

—ঈশ্বর শাক্তি, নরাথবুদি লাম্না লৌরুহে । ( মক লুক্না ফম্লিবী মুপীমচাহুদা হাইরপ অমুক য়েংলগা মথা তারকই ) ইবেম্মদসু ওসাইদগী বারি তৌরম্লিবনি । ইয়াম্বনা চীন পুথক্করবনিনা নওগী পৈশাহুদা মঙা হাম্লগা ইবেম্মদা পীরবনি । লৌ য়োল্লি হায়বহু হন্দোকপদা মতেং ওইনৌ ।

ইবোমচা মুপীত্তুদা মমায় ওনশিনখ্রে অহুগা খোন্দু কন্নমা হায়রকই ।

—কদায় পৈশাহু পীরকখো ।

খোঙেলহুদা তাইনকম থঙদবগী সুর অমা লোয়নরি । হৌজিক্তা ভাব তারকই, মুপীসি ইবোমচাগী অনৌবিহুনি । মানা মমায় হায়-গৎত্রিবসি ইকাইদনা তৌরিনিদনা । মমায়হু তপ্পা হাইগৎলকই । ইস ভাব করইদা ঐ । কপ্প্রা কৈনো মমায় মমীৎকসি লোইনা পোম্লে । মশক্না মশক ফজরিবা । মমাং ওইরপ লৈরিবা বেগতুদা মখুৎ থিরগা হায়রকই ।

— অহুদা যাওরমগনি ।

— লোয়ননা তঙাং তঙাংবী চিনবান্দুনা লংলবী মাতোন্দুনা থজিক চীকপগুম তৌথি মমীংডা পিগী ঈরাসু চেল্লকই । ঈরা চেল্লবা মমীৎ অনিনা তাইথোরোমদা বল্লপ য়েংথিহগুম তৌই । মীৎয়েংহুনম্না তাইথো মখুং অনিনা মমায়হু নানাবাই করিবোই তৌরগা থরদং লুকথখি । ভানৌরবীহুগী থোরবা মীৎয়েং অমদি তাইথোগী মায়দা কারকরিম্না হমাংগী ঈরিক ওম্না অর্থ লৈফম থোকই, অহুবু তুম্মিনা য়েংবা [illegible] কৈদৌরনি । অর্থ হমবা হোৎনরুবগী কারবসু লৈক্তে ।

তুগুশিন্দুনা লৈরম্বা পিরিকশিংহুনা মীৎপান লাম্না পাথরক্লবদা ইবোমচানা মুপা অমনি হায়বগী মতৌ উৎলকই ।

— হেরা অঙাং মানগ্রে, থবকপু সি নংত্রবস্থ অতৈ তৌরগা লোইরে । নপিহুত্তুম পাস্মুই । ঐনা হঙ্গৎ হন্দা চৎপত্নদা মুংঙাইতে হায়হুনা লৈহল্লম্নগা নঙনি নৌথরস্মিক্সাৎ ওইরে ।

মহুতদা অপিকপা অঙাংগুম ইকাই ইকি থাদোক্কুনা মপুরোইবদা চেজেৎ কোন্দুনা হিক হিক কপখি । চমজগ্রবা ইবোমচানা মাগী মুপীগী পিহুগী অর্থ ওস্নোক্না লায়না হনগ্রবস্থ ঐবুদি ভাব তাহনবা ঙমদ্রি ।

ইবোমচানা খেপতু হাংদোক্লগা অহেনবা পৈশাহু তেবলদা থম্লকই ; হৌগৎতুনা খোকগ্রে মাগী মুপীগা ঐঙোন্দদংদি হুনসিন্দুনা হায়রম্মী ।

— তাদ য়োৗজগ্রগে ।

— ঐ খুম্বফাও কাউথোক্লবগুম ঙক্তমক নোমহৌই । তাইঙোহু ফুক হৌগৎতুনা তাম্নখি । মিন্নুংশিতনা থল্লবা ৰাহৈ ৰাতা কয়ানা পৈশাহু পুখিনবা ঙাং-শকখিবহু মঙেক শেংনা তায় ।

ভৌরিবা থোৌদোহুনা ঐবু হেম্না চিংনহল্লে । মীঙোন্দা শিকি অমতং লেমনা পীথোকপদি লায়রহুনা মরোই মকা অমতং লৈবফাও মানা থরদং হেনজিনল্লবদি পৈশা লাম্নোকন্দবা মীতানি তাইঙো । মানা হান্না লৌশীল্লুরবা পৈশা থরহুদগী হেম্না মমল লৈবা করিবু ইবোমচাদগী মনা কংহৌরবনো থঙদে । তৌবগীদি মুপীমচাহুগী মীৎলুদগী থিংঙমদনা চেক্নখিবা পিরিকশিংহুগী মমল অমদি লৈফম থোকই । ভাব তাদনা চনৈনরিবৈ ইমাঙমক্তদা কমৎরকই তাইঙো, অশাংবা ম্বয় অমা লোয়নরহুনা । মায়দি ইবোমচানা পাকগ্রমাল্লে পৈশাহু মথুৎতা অহুম য়াওরকই । নাকলগী কাইজহু ঐনা ভপা লানশিল্লি তাইঙোদা ।

